# তাইবংজাম্বা

পরেং-অম

অহানবা ফোংবা তাং ১৬। ৯। ৬৮ ইং

সন্সেন্নহাগি বাঁশী খোংব' তায়।

কালেন ছুটিগি সুংথিল পুং ২॥০ রোম ভারে, তোক্লেন
তাইবংজাম্বা মাঙ্গোন্দ তুমই খো খো নাখোক্লন।

তোন্নু—( লাইরিক ঔরাইরি ) চহি ৪৫ রোম হৌখ্রে, মণিপুরদ পোৎ ১5 অঙকপ ফংন হোঙলম্মী। সনা শন্দা লুপা ৫, মুহোর অমদা ২০ দমক পীরম্মী। খর হোঙব মতমদা লুপা অমগি ফৌ শংবাই ৩ তৌরম্মী, খর তাঙলগা লুপাগি শংবাই অনী তৌরম্মী। ফৌ শংবাইদা শিকি মঙা পীব কান্দা চাক তাঙবন মী য়াম্না রানৈ, শিনৈ। চহি ৪৫ রোম হৌখ্রে, মণিপুরদ পোৎ য়াম্না হোঙলম্মী, ফজরব শগোল লুপা ৩০ মুক্তা পীরম্মী, মীনাই অম কোকপদ লুপা ৯৫ তিংনখি, নিপা অমনা হাজিরা শূবদ নোংমদা শিকি পৈশা মন্নী ফংনখি। চুরুট অহাওব উপুদ পৈশা ৮। ৯ দা থরুখি। ফী ৫বোং অফব অমদ লুপা ২॥০ পীরম্মী। চহি ৪৫ রোম হৌখ্রে, তলব লুপা ৬॥০ চাব, পিওন চাপ্রাসী, দোলাইপাবা মরম্মু ওকলবদি ময়ুম য়ুমজাও কা ৫ শাদুন মুংঙাইন শেং চাদুন পাম্নরম্মী। সনা লৌব ফংব মীতৈদি পোথাং পুনদে! পুং ইশৈ তৌব নিপাদ মচাম্নুপী থাজনব পাম্নরম্মী, মথংদা হন্না ড্রাইভর মুপীন পাম্নরম্ব নিপা।

চাউ— করি লাইরিক্লো নিপামচা তোম্বু নংনা ঔরাইরিবত্বাবা ?

তোম্বু— ইমা, মণিপুরগি সামাজিক ইতিহাসনি চহি ৪৫ গি মমাংদ ওইরম্ব ফিভম। ইমা নং চহি কয়া শুরে ?

চাউ— করিগিনো ঐগি চহিদি ৪০ শুররিনি নং বাজিনা ৪৫ ওইরম্ব তারে।

তোম্বু— অদুদি ঐনা পারিবসি বাজিনা পোকপদ ঙাইরিঙৈ ৱানি। ফো শংবাইদা শিকি অনা পীরম্মী, হুজিক্কি কয়া পীরি ইমা ?

চাউ— লুপা ৩০ গি মনাক্ত লৈমানে। তোম্বু, নং বাজিনি অমুক্ত হৌদোকউ। মুংঙাইনমকস্তু তূম্মেদা তাইবংজাম্বসে।

তোম্বু— ঐ হৌদোকপ ৎম্মোই ইমা, বাজিনা ঐঙোদ হৌদোকলক্কনু হায়রম্মী। ( নাখোকপ তায় )

চাউ— লম হেনগনু তাইবংজাম্বগি মচা।

তোম্বু— লম হেনব নত্তে বাজিনা হান্ন হায়খিব ইনবনি—ইমান কোন্ন হায়বনি। অদুগ ঐগি ইপাদ করেম্নমুন তাইবংজাম্ব হায়নু ঐগি ইমাংদা।

চাউ— নপাগি মীচং ওইরে নং, খঙনি। হায়, তারিৱা কেথবী, ইমাগি ইবেম্মা ?

তোম্বু— চহি ৪০ রোমগি মমাংদা কলিকাটাগি হোটেলদা মৈতৈ লাইরব অমনা পৈশা ৬। ৭ তিংলগ চাক চরা অম হাওনা চারম্মী। চহি ৩৭ কি মমাংদ গৌহাটিদ কোলেজ তম্ব হোটেলদ লৈব ছাত্রগি মেশ দিউ থা অমদা লুপা ১০ মুক্তনা ওকলম্মী। ( মাইক্তগি খিৎতং লান )

কেথ— ইমা ঐবু কৌবীৱাও ?

চাউ— নং বাজিসি অমুক্ত হৌদোকউনহায়, চাখিব চাকয়ামদুনা নল্লম.নে।

কেথ— ইমা ঐদি ঙসি চাক চখোম অমত্তা চারবনে, বাজিনা হাখিব চাক গ্রাম ৭৫০ দি ওইনি, ঐগুম্ব অহুম্না চাব ওক্কনি হায়বা।

তোম্বু— চাক অহুক য়াম্না চাখ্রিবন্থু করিগিনো খঙব্রা ইচে নং ?

কেথ— পুক নোইহনব তম্বিখিবদে।

তোম্বু— নদে, ইমান চাক চারিঙৈদ ঙাংব জবেং জবেং, মদু তানিংদহুন চাক্ত তায়নখিবা।

চাউ— নচীম্বীম্বু তাইবংজাম্মচা।

কেথ— মুংঙাইনবু তুম্মিদা করিগিনো হৌদোক্কোরিবো ইমা ?

চাউ— নং তাচোহুনা শেন্দ্রাদ নতৈমগা ভান্দ্রা চারুনি হায়ব্রা করিনো চৎখিবদৈ হল্লকত্রে চিঠি অমত্ত ইবীয়ু থীন্দনা হল্লক্কব ঐন হুজিক নচেখোয়দা চিঠিদু য়ৌখিনব পীহন-খিগে হায়বনে।

কেথ— বাজি,! চাবগতুম্বগদি ফরিদা ঐখোয় বাজিসে। ইমা. হৌদোক্কৌ শরুক চিঠি ওইরমানে অইব অম লৈরে।

তোম্বু— মদু ইরম্মগ তুমখিবনি।

চাউ— পাও তাগে চিঠি মরোলহু।

কেথ— ( শৈরেং ছন্দদা পায় ):

জম জম রা রা ; কুমগি নোং হৌরেদনা ; য়ুম খিৎত ফোৎহৌগে, নীংখি ঙমহৌদে কত্তন !

জম জম থদ্রাক খদ্রাক ; লেন তারেদনা লু কোকপদা ; লৌ ইখোলগি খাজনা, মৈ ঈশিং মুংশিৎকিস্থু।

তু খোং পাৎ কোম, ইরং লংলে ঈশিংনা, নম্বুল ইম্ফাল ইরিল, খাই পারে ঈশিংনা।

জম জম রাই রাই, লেপ্প নাইদ্রে নোংসে, চাউবা শোইদ্রে ঈশিংসি, পোৎকী মমলদু মঙায়রে !

থুন্মে থৈদেন করম্নো, চেং চিনি এঙ্গাং, পোৎ খুদিংগি মমলন, করি ইচাউনোসিবো ?

জম জম রাই রাই, পোংকি মমল ইচাউ, খত্রাক খত্রাক হৈথরে, থাজনা ওম্লে লেম্না।

থুন্মে য়ুম ইঙোল, অরা ঈচাউদা তাউথনরে, লৈত লাইরব মখৈদি, সন্দ্রেম্বী, ইমাদি থজিন য়োরে।

শ্রীতাইবংজাম্ব তোলেনসিং।

তোম্বু—( খুবাক খুই ) বাঃ বাঃ! ঐখোয় বাজি কবি ওম্লে, ওঝা তোকপ য়ারে।

চাউ— করিগি চিঠিনি হায়রবগেনে, হায় নপাদু খর হৌদোকউনে থেংগ্রেনে।

কেথ— বাজি, বাজি—ও বাজি।

তাই— হায় কনা কনাগি অঙাংনোনে ? মীগি ইঙোলদ নাউরী কাপশিল্লকপা, য়ুমথক্তা তেংবাক লংশিল্লকপসিবো ? তাইবং পান্দ ছুটি লৌরগ তাইবংজাম্ব ঐবু, ঙহাক্তং পোত্থাজবদা হৌদোকপিবসিবু করম্না মুংঙাইতব লৈবগে ? ঐন কপ্পগা নখোয়বু কয়া য়াম্ন মুংঙাইবগে ? ঐন, কয়া কুইন তুম্মুরে ? ( তিংলি য়াংলি ) পুকসি ময়েং থর তারেদনা !

চাউ— মুপামচা অহল যাত্রাদ পীখিনব চিঠি, হায়বদু ইরিরব্রাও ?

তাই— হায় কোম্না পীরসি তোকলো, মরম্নাই লাকচরনি, য়ুমদ লৈব হুমাং শোরদুনা হকচীক লাংব চৎখিব ওইরিনি।

চাউ-- অদুগা থৈদেন কানব শেল পীরো, মুপামচা থম্বাম্লেখোয়দসু

ঙহাক্তুং চংউব তায়। লৈগদব পোৎপূ য়ামখ্রেদা, হয়েং লাইখুরুম্নবা চেংপাক কবোক চুহী, মুপীমচা কেথবীগি ফুরিৎ ফি, নিপাম্মচাগি খুদৈসু শেগায়রে, ফৌসু লোইরে চেং ৱাল্লকপ তায়, অশায়দি অঙাংশিং মবুক থন্নদব য়াওই।

তাই— অশাই ঐবু য়াম্ন চামনখ্রবাও? নখোয়বু খাম্মকপ য়াদ্রাও?
(মচাশিংন নোকই)

চাউ— অদুগ ঙসিদি লৌৱাইদগি মী ১। ২ কারকপা য়াই মুপী-মচা মশক য়েংবা, য়েঙ্গাংসু খর হাওত্তব য়াদে, করি ঙানো পীজদোবা খঙদে।

কেথ— কনাগি মুপীমচাবুনো মশক য়েংদৌরিববো?

চাউ— কনাবু ওইদগে নংবু নত্তনা। মরল লৈদ্রে লো য়াম্না চায় হায়রি মপাহ্রু। লম হেনগনু। ঐন শিল্লিবসি চাক নহুক থন্নবনি।

কেথ— ঙম্মোই ইমা কান্নরোই ঐ লৈৱাইদকা য়ুম পানব ঙমজরোই।

চাউ— ইম্ফালদ তল অকংবনা পুবশিৎতুন খাবসি মুংঙাইরি-ব্রাও? গাড়ী মুক হোংলবদ করিগি লৌৱাই ইম্ফালনো?

কেথ— ঐবু য়োনবগি আশা তৌজন্নু চোপচনি ইমা, ঐ সন শগোল নত্তেকো। (মখোঙ থীন্দুন চৎখি)

তুনান— (মাইকতৈ লাপথোকন) নিপাম্মচা তোম্নু, তারিব্রা?

তোম্নু— (মাকইতৈ লাপথোকন) কনানো ঐখোয়বুরাও?

তুনান— ইতাও ইবুংঙো লৈত্রাও?

তোম্নু— লৈহনি বাজি, লেংশিনবীয়ু।

তাইবং—লেংশিনবিরকউ ইতাও ইবুংঙো, ঙসিবু ছুটিরাও—অরাং-ভম ফম্ব লেংত্রবাও?

তুনান—ঙসিদি ইতাও ষষ্ঠীপূজা অমত্তুং লৈ, মচানি, পুং অমরোম লৈরগ চৎপ য়ানি।

তাই— অত্তুদি ফরেদা, ঐখোয় ঈমুংগি অরাংভম অমুক্ত ফম্বিরম্মু শংবিরিরৗৈদা।

চাউ— তাদ মোড়াদ লেংশিনবিয়ু।

তুনান—কয়ি কর্ম্ম তৌব তারে, কনা লুহোংদৌরে নিপারা মুপীরা? নত্ত্রগা ফিরোইরা নগুণ থাংবগিরা?

তাই— হায় মুপীমচা কেথবী! নং বাজিগি চা কপ অমত্তং লোন্নকউ।

চাউ— চিংনিদি লৈরম্মোই, কররো?

তাই— থুম্বা য়াব শৌগ্রীরা য়েংলা পেরুক্কা করিনো অমা সেবা তৌদব য়াত্রা?

তুনান— কুমসি চিনিন কেফু লোৎপসি কনামতা ফোংব গুমদেদা! ঐগি ওইরবদি তৌহনরিকুম্মু ইতাও, মুংশি হিদাক হৌরগ মনা অনী অহুমদং উমগে।

চাউ— ঐখোয়গি হয়েং শনি খুররবসিবু ঐখোয়গি তাদ অরাং-বুরেন নেকসিরাও চাউগদবস্তু নভনা?

তাই— ইতাও করিগুম্ব কর্ম্মগি পোৎচং মুংজং তান্নবসিবু দক্ষিনা কয়া লৌবীবগে?

তুনান— কর্ম্মচুদ অরাংভম কম্মগ দক্ষিনা লৌবদগি হেন্না রা তান্নবগিদি লৌদেন ইতাও। ঐবু দক্ষিনাদ দোর চাউই হায়নরাও? কৈদৌরেনো? কয়া চাউহন্দোরিব কর্ম্মনো?

তাই— য়াম্বিবমখৈ পিরব অরাংবুরেনগ তান্ননিংবনি, লুপা কয়ানো ন ন খৈদেন্দা পুগে হান্নববু কারি করি লৈনবনো?

চাউ— কেথবীগি ফুরিৎ ফি লুপা ৮, নিপাম্চা তোম্মগি খুদৈ অরাংব লুপা ৭, চেং ফিলো ৫ য়োম শাংব লুপা ১০, শা লৈনব লুপা ৫, কয়া শুগ্রে?

তাই— লুপা ৩৫ শুরে, শনি খুররবগিদি?

চাউ— চেংপাক কবোক লুপা ৫, কা ঐ লফোই কতং থালভুক

শেন্নব লুপা ৫, করিনো তাদ লফোই লক্মং খিংতং ফজবদ লুপা অম মখাইদগি তাদে হায়রবা ?

তুনান— মতম্নি ইবেম্মা।

চাউ— চুহী শঙ্গোম অতৈ অরাং অপা লুপা ১০ মুক হায়বীরো কয়া শুররগে ?

তাই— অহানবগি ৩৫ দুগ অকোনবগি ২০ সিগ ৫৫ শুরে।

তুনান— কাবক কাবক কৎপগিদি ফবু ফমনব্রে ইতাও, মতম্নি। পংচংদ চংই হুজিক্কালসি, পোৎ তারবননি।

তাই— য়ারিবমখৈ চংদনব উপায়সি মলৈত্রব্রা ইতাও ?

তুনান—ইচম্মা হায়রিবসি য়ারিবমখৈ পিক্কা হৈনা পাররনি। খর দোর চাউব বাবু ভায়াগি ইমুং ওইরবদি চেংপাক চুহীদদা লুপা ৫০ চংহি্পোৎনি।

তাই— ইতাওনা নহানমখৈ ফম্বিরুরিব অরাংভমসিদি মৈতৈ অপঙব লাইরহনগে তৌবনিদনা।

তুনান—করি রানো ইতাও, খোন্দু য়ারেন হোয়াইগুম নান লেন্নেদা ইতাওন ছাত্রমচাশিং লাইরিক তম্বীবদ ফেল ওইব, লাইরিক হৈহৌদব য়াওখিবশিংদু ইতাওদ তাইনব য়াদবগুম্বনি। মরলু লৈব নত্রগ তৌজনিংবশিংনা য়াম্ন চানিংদুন য়াম্ন কৎচরনি।

তাই— খিংত চংহন্নিংব ঐ অমুক্ত শিঙ্গগে য়াগত্রা.য়েংবিয়ো। তাইবং পানবী নং মুম্না তাহৌ, ঐ শেল লৈত্রবনে, তলব ২০০ শুদব ওয়া মচা ঐনা তৌবদ মত্তিক চাব অমুক্ত হায়জগে।

চাউ— হাজরিয়ে, শরুথবীরো।

তাই— রা য়াম্ন ঐন হায়বদা তৌ। নচাগি ফুরিং শেগায়রে, খুদৈ হোরে হায়বদু দর্জীদগি ফীজেৎ ফজরব নীরগ প্রুবীরক্কে, ফজনা কোৎলগ ইষ্টাইল তৌব মান্নব ন্নিংহনখো,

ইকোনোমিক বেকৱার্ডকী মচেনা শেল ফংলগ লৈব য়াই অহনবা। চেং কিলোগ্রাম অনী, চামহাইরা, বোগ্রারা খরগ মনামশীংগ লুপা ৫ না ওরুব শিল্লু, তম্ খর শমনি নোম্লবস্থু।

চাউ— মখোই বাজিনে শম্ব তন্দোরসে, অশাইদু কাওবিরক্রা ?

তাই— পংহাপ্ত হাপচিনবা তুংগি য়েংদব নংগি নরালনি। অদুদগি শনিদেব পূজাগিনা ইবুক শেংন কৎলগ লোইরে, চেংপাক সিকি ১, ববোক সিকি ১, চুহী মখাই অম, সঙ্গোম মখাই অম, লফোই মখাই অম পূম্ন লুপা ২ ৎরে, কা হৈ বালভূক লৈনব লুপা ১, সিন্দুর কপূর, থোইদিং, লা, অতৈ অতৈ অতৈ অরাংপগি লুপা ১, নংগি রিকসো ভারা লুপা ১গা ৫ শুরে, পূম্না ৫ অনী ১০ সি পুখো। মদুদ হেনব লৈতে পেম্মা।

চাউ— মদুদনি মীনা তাইবংজাম্বা হায়নরিবা।

তাই— মতমসিদ হিগে হায়রবদি ইবেম্মা ঐখোয়গুম্ব ইমুংদি তাইবংজাম্বগি মরা ইল্লো। করি হায়বগে ইতাও অরাংবুরেন ?

তুনান—মদুস্ত য়াই ইতাও, মীরোল খর হুক্তবৈ রাদনি। শাওম্নু ইচনসিদি নরাইবক্লনি, মতম্না থোকহল্লকপ তাইবংজাম্বনি। হিংব রায়বনি মী পূম্নমক, পঙবা কাংবুন অমুক হেন্না রানরে।

তাই— নত্তে, তলব মথাক খর ফংদোব লৈ মদু ফংলব মতমদ মতৌ মালহনসে। হুজিক্তি লাইগি শোয়দনবদ কৎখিসে, থরাইদং হিংনব হোৎনখিসে। মুপী অঙাং থাকপ ঙম্মনি হায়রুন য়ুম পাল্লুরব ঐখোয়, চাক্ত চাব হৈব ইচাশিংদ তল মচেৎ অমনী পীরগ মবুক পায়দুনা থাংহল্লিবসি ইকাইখ্রি পোৎনে। থাংগদবনি, হিংগদবনি, লাকসম্নু

খুদোংথীব কয়া, পোৎ খুদিংমক মমলনুং, [illegible] থুমলনুং, থোনা লৈরি, লৌশিং লৈরি। অকব [illegible] জাকপ ঙাইখিনি।

চাউ— কদায়দনো লুপা ১০ হায়বত্তু পীবিরো।

তাই— অদুনিদন তাইবংজাম্বী। সে সে। হায় শেল লৈম্ববদি হিদাক তিকি থর য়াওরকউ, পুক থনব হেঙ্গংতব ক্না-মনা লৈরক্কনুকো।

তুংান— তশেংবনি ইতাও, মতমসি মী পূম্মক খোক মতোনগি ফিরালগুম হায়নরবনা অয়াম্বনি। থবক নোমদব য়াদে, হিঙ্গোল শূদব য়াদে, অরেম্ব পোৎ লৈকদে, লাইদ য়াম্ন কংপ পাম্নি। খিৎতন পুকথনবা তমদবা য়াদে।

তাই — ঐস্ত, মীতৈসি চাক চাখ্রে, অদুনস্ত থর হেন্ন নংনবনি, পঙবগ।

খোই — রা অমত্তা হংজগেবা ?

তাই — করিনো ইবুংঙো, হায়য়ু ?

খোই— মিং হেক্তা পঞ্জরে, তাইবংজাম্বা তোলেন ওঝাগি য়ুম কদায় ওইরবনো ?

তাই— ঐনে করিগিনো ?

খোই— অদুদি খুরুমজরি বাজি ঐ নচানি, লৌরাইদৈনি, বাজিগিদ লৈজরগ কুমসি মেত্রিক থাগে কাজরকপনি। ইমিংন খোইনীং কৌজৈ, বাজিনা থোল্লম্মী হায় ইমানা।

তাই - করি লৌরাইদৈনো ? নমা মমিং করি কৌই ? ইপাদি কাউরেনা।

খোই— খোংজোমদৈনি, ইমান জম্ভুবতী কৌই।

তাই — চাক তাংবসিদ ইপান বুদ্ধি চোইরবনরা, জম্ভুবতী হায়বা কাউরে।

খোই— করি রানো দুদি ইমান তাকলকপগ বাজিনা হায়বিরিব-

সিগ্ য়াম্না খেনরে। নপাগিদ মুংঙাইন লৈরু লাইরিক তমদুনা, নখুৎতা হামদুনা চারুদোবনি তাকপিরকই।

তাই— অদুদি ইবুংঙো সাক্ষী ওইনা নমাদু পুদুন অমুক্ত হান্ন লাকখো, অদুগ খন্নসি। শাওমুকো, মর্তম্ননি।

খোই— ফনি বাজি, ঙসিদৈ থাখাই অমগি মতুংদ সাক্ষী ওইনব ইমা পুদুন লাকচগে—ইমাস্থ য়াওন সিদ লৈরগে হায়রর। করিনো খঙদে, ঐখোয় দুরাইদ চাব তাংহৌরে য়াম্না। ঐ হঞ্জরে।

তাই— হরে হরে! করম্নো ঐবো ইতাও, অসুক কুম হিংনব লারুরিব ঐঙোন্দা।

তুনান—খোংজোমদা মুপীবু লৌরুররাও?

তাই— কাউবু কাউরে, লান মমুংগিরা ওইব তারে; ঐন হন্ন য়েংউদ্রবা।

তুনান—থৌনা ফনা কৌই নচা ওইরম্নি ইতাও।

তাই— করম্নো ইতাও, চাকঙা! মমাস্তু য়াওরকলবদি, ইমুংনি "চাকঙা" লাওনদোরি!

# তাইবংজাম্বা

পরেং-মনী

ফোংখিব তাং ২৩। ৯। ৬৮ ইং

( য়েনব খোংই, লাইশোন ইশৈ তায়, উচেক মচা খোংলৈ। )

তাই— হায় অঙাংশা, হৌরোনহায় নোংঙানব কুইরপোৎনিনে। নমাতুন অয়ুক ঙন্তা হৌরগ মাইবীশেন হুনব চৎখ্রবা ? ঙরাং পাক্লিন কুমসিদি থর নংদৌরি হায়বদু মুংঙায়তদুনু কোক্লব চৎলম্ব য়াই, থাজগনবী ন্নুপী। হিদাক ঙান্থক অমন্ত ফাওব হানবীনিংঙাই লৈতেদো, ইচা মঙা, ইমৌ অম লৈববু। শনিগি দশা হায়বদু ওইব তায়। (টিকিদু চাক্লব মচিন্ন কাম্মগ হিদাকফু প্রোক প্রোক চিংই )

ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে সমবেতা য়ুযুৎসবা,
মামকা, পাণ্ডবাশ্চৈব কিমকুর্ব্বত সঞ্জয় ?

ধর্ম্ম খোয়নব লবুক হায়রবদি লাইশং মাণ্ডোবলা, তাইবং পুক্লিংলা ? 'কুরুক্ষেত্র' হায়ববুদি কারখানা, থবক শূভম লৌবুক্ত খঙদে লম্বীদ খঙদে। 'সমবেতা য়ুযুৎসবা' লান পান্ব অহিংবশিংন মবুক থন্নব থিররে। 'মামকা পাণ্ডবাশ্চৈব' হায়বদি অরৈবসু লৈতবসু য়াম্ন চাগে খিত্ত শূগে, কাংবু অমন খিত্ত চারগ য়াম্ন শূরম্মু, কাংবু অনী-সিবু কমদৌরিবগে সঞ্জয়, নমিৎ নামনা টেলেস্কোপ ওইব, নামনা মাইক্রোস্কোপ ওইব ? হৌগৎলোনে অঙাংশা, ধৃতরাষ্ট্রগুম নমিৎ উইশিন্দুন তৃষ্মিবদুবু শিব ওরাইরিব্রাও ? উচেক রায়া চাক্তানখ্রে য়া-য়া, সন,

শগোল, হামেং, য়াও ফাওব, শম্বন নিংথিন থাদব, য়েঙ্গাংদি ফব হিঙ্গোল থিব থোরকলে, নমীৎ নমীৎতু পাংলগ য়েংঙোনহায়।

চাউ— হৈ নহায়, হৈনে! এখোয় হিঙ্গোলসিবু সঞ্জাবুংড়ু ঙায়রেনে। সঙ্গোমদি চানিংব, শজিক্তি থাকনীংদব মীসি সহরদ য়াম্ন লৈবিখ্রেদ। করম্ব অঙাংশিংমো হুজিক ফাওব হৌগৎত্রিবসিবো থবক্ল শূনিংদ্রিব মপা লৌবনিন। করিনো ইমুং অমমমগি মচান মরম ওকপন দলাল শানখ্রে, কার তোংনখ্রে, এখোয়গিন কোঞ্জেং কোকফাই ওন্দূন লৈরে। খাজনান তোল্লিব, মীগি মরলন—

তাই— চাউবী, নংবু কদায়দ চৎলুরিবনো অয়ুক ঙস্তাদ? নংন উরকপ য়ুম মুংঙাইব অমদ চংতুন লৈথোরকপ য়াদ্রাও? করিগি তাইবংজাম্ব তোলেন এগি য়ুমদ হনবীরকই? মীগি মরল তোনভম খাজনা থোভম, মীরা তাভমসিদ কৈদৌন হল্লকই?

চাউ— ঙসি অয়ুক ঙস্তা হৌবিরম্মিবসি খৎননব মচাক খুনবিনব্রাও?

তাই— নংম ঙস্তা হৌদুন মুংঙাইব ইমুং উব কোইচৎ চৎলুরিববু নখোইদো শাওগৎনব করি করি চেং মচং খুল্লকপগে? থবক শূনিংদব মপা লৌব মচাশিং হায়বগি নংন শাইরোং মরু চারোয়দোবগি মরম করি লৈ? এন তনবগি খুদম পীয়ু।

চাউ - হিঙ্গোলগি য়েঙ্গাং নাপী মরক্ত চংলিব সনসিদদি তান খিব য়াদ্রাও?

তাই— মণিপুরগি হিঙ্গোল অচৌবদ লোম্ন চংতুন চারিব সন, ইরোই, হামেং য়াওগি রাখল তৌরিবৈদ নংগি হিঙ্গোল মচাসিগি রাখল থনব শংব্রা এবো?

চাউ-- মণিপুরগি হিঙ্গোল অচৌবন অঙাংশিংগি শেৎন চানব থোন-বীব্রা, ভোম্লিব মীগি শেল ময়াম, খাজনা, ইমুংসিদ হোরিব ময়ামসি লৈবাক কনান মেনবীদৌরিবনো ? (কল্লপ ঙাংই)

তাই— মেন্দৌরিব অহোবশিংদু নচীন্দুন জবেং জবেং ঙাংলগ খু-জিললক্রাও ? মপুরোইবদ ব্যবহার লৈত লৈতন ঙাংলগ শেল চংব হেনগদ্রাও ? (কললপ হললি)

য়াই— করিনো করিনো ইমাগ পাজিগন অয়ুক ঙস্তাদ চরোইগ ক্লাকগি লাম্বাদু ঔরাইবিরিবো ? লৈত লাইরগি চিরুবিব ওইরবদি নচা য়াইমা তাকু ঐ ঙসিদি থবক অমা ফংজরক-কনি লুপা ১৫০ মুক চাব কেরাণী। ঐ হুজিক ইণ্টরভিয়ু য়াওজরুদৌরি ছুরী অম ফুরিৎখাওদ হাপচরগ।

চাউ— করিগি ছুরিনোনে মুপামচা ? নং মী খৎনবগি বা য়াম্না তায়কো।

য়াই— ঙসিগিসি খৎনগদৌব নত্তে। ইমান তায় হায়রিবদুদি ঐ অমুক অনিরক্তি খুৎনেক্ত মুপী চেনব য়াওরুরে, হোটেল, সিনেমাগি খাজনা হুনবা ঙম্নবা।

তাই— ঙাইখো য়াইমা, থবকী ইণ্টরভিয়ুদবু করিগি ফুরিৎখাওদ ছুরী হাপ্তুন চৎতৌরিবনো ?

য়াই— এপোইণ্টমেণ্ট বোর্ডকী ইণ্টরভিউ লৌরিবা মেম্বর মঙাদু মবুক ফত্তে, ওপরেসন তৌবীগে তৌবনি মতুংদ ফনবা।

চাউ— মবুক ফত্তে হায়দি ?

য়াই— শেল পীজব মীদদ থবক হাপ্লি, শেল পীজনিংঙাই লৈতব ঐদি ছুরী ওইন পীরমগে তৌবনি।

চাউ— লুপা ১৫০ রোম চাব থবক্তবু মুপামচা লুপা কয়া পীজনবগে ?

য়াই— ১৫০ চাবদ ৩০০, ২০০ চাবদ ৪০০ না বাজার দোরনি।

তাই— নংন শেল পীজবগি বাজার দোর হংলিববু পীজসি হায়ব্রা

মুপী ? লৌ ইখোল বন্ধক থমসিরা, নমা নচাগি নশাদ সনা মচেৎ থর পকইবন্ত্র খোকসি হায়ব্রা ? ঐখোয়স্থ *করপ্সন-কো-ওপেরেটিভতা মিং চললসিরাও ?*

চাউ— নংগি বাজিন লৈবাকী চৎনরোলগ শিঙনবসিন ঐথোয়গি ইমুংসি মুংঙাইথৎতবনে।

তাই— তুমিন লৈয়ু তানিংদে। ঙায়খো য়াইমা, ইণ্টরভিয়ু য়াওবনি হায়দুন বোর্ডকী মেম্বরশিংদুগি মনাক্ত চংলগ ওক হাৎপ-দোন তান্ন তন্নাদুন হেক্ত থিন্দোরিব্রা মরা হংদনা ?

য়াই— বাজী অহানবদ ইণ্টভিয়ুগি ব্রাহংশিংদ্র নিংথীন খুমগনি। লোইরব মতমদা হায়রমদোবদি হন্দক ঐবু হাপ্পীরকত্রবদী ঐদী শেল লৈজদে থাঙ অসী মশক খঙবীয়ু, হায়দুন উৎলম্মগ থোরক্কনী।

তাই— ফৈ মত্নমক তৌদুন য়েংসি নমাগ নচনগগি সনা কায়-দোবগি শরুক।

য়াই— চৎলে অদুদি, মঙ্গল ওইজরক্কে ইমাস্থ বাজিস্থ।

তাই— মঙ্গল ওইরকউ চৎলু চৎলু।

চাউ— খামগেদি হায়দন অঙাংদ ইন্সিলবিরিবত্নবু হয়েং হূইন ঙাওরগ হূইবু থি হায়দুন মপাথিরকলবদি মখোয় বাজিবু ইকাইবিরোইদ্রাও ?

তাই— ঐনবু থাঙ পায়নু হায়দুন খাম্মগ মণিপুরগি নহারোলন থাঙ পাংবিরোই হায়রবদি থাঙমচা থাঙজো, য়োৎপি, য়েত্তুম, য়োৎপাক লোইনা পোংগাসনু চারগ চা চাদ্রগ চাদ। নত্ত্রে, ইংরাজীগি হংগ্রি মেনদি এংগ্রি ওই, লাম্মবদি শাওই হায়গন্তু তচুম্বনে। সংক্কতিগিস্থ বুভুক্ষিত কিং নকরোতি পাপম ? লাম্মবদ করম্ব পাপ তৌদবগে ? চাব ফংনব ভৌব থবক পূম্নমক ধর্ম্মগি মশক ওইরব কর্ম্ম নত্রাও ?

চাউ— খিৎ তুমিন্ন ঙাংবীয়ু, লৈকাইন তাইবংজাম্ব ঙাওরে, হায়ননি।

তাই— মহৈ হৈব, মক্ষম চাউব, মবুক কংলবশিংন লৈবাক্কী কোৎ-তগি লোম্ন উতোং হুৎলগ ময়ুমদ হোনবদি য়ারগ মবুক থম্রবশিংন চেংফু'দ চেং খুয়া অমা "কোৎতুম কোৎকে" হায়দুন কোৎপদি কোৎসমু, ছুরী পায়দুন য়েংউসমু।

চাউ— থবক্লা তাংইবা মেট্রিক পাশ কয়া কুইরবনো য়াইমসে থবক ফংলকড্রিবা চহি ৩ হেললে।

তাই— থা থা থাবুংতোন থবক অমত্তদি থাদবিরকউ হায়দুন মবুক থম্রব নহারোলন মমীৎত মপি তাদুন ঙায়জরে। উচিন নাচিন্না কেরাণী নত্রগ ওঝা অমা হাংলে। হাপ্প কান্দ ধর্ম্ম অমত্ত য়েংদবমখৈ, মতিক চাব চাদব খদবমখৈ ইনাকখুনব শেল পীজব ঙম্বদ পীয়ু নত্রগ দুর্য্যোধণগি শা'গেদ পীয়ু হায়-বসিবু লাম্বব কনান ছুরীগি মতেং লৌদব ঙমদগে?

তুনান—(মাইকতগি লাপথোক্লা) ও নুপীমচা! নং বাজি লৈত্রাও?

চাউ— লৈয়ে তাদ, লেংশিনবিরকও।

তুনান—(মাইক মনাক্তা) ইতাওবু লৈকায়গি মাঙব খনব চৎলোই হায়ত্রাও? মখোয়গি হয়েং লুহোংদৌব অসিদি মণিপুরগি গাড়ী পূন্নমক ৱাইরে, ডিমাপুর, মোরে, টিডিম রোড বস অমত্ত চৎলোই হায়রিদা। থবক য়াওগদব নত্তে, কু'ম্ম ঙাহাক্ত য়েংউসিদনা ইতাও?

তাই— অদুক শেল চংন হোংদোরিবরু ঐথোয়ন লেমন মাঙব খনব য়াওব চুমত্রাও? শ্রাদ্ধগি চংদবসু নত্তে। মখোয়গি অরাংবুরেন্দি কনান ওইগ্রে? ইতাওদ হায়দ্রাও?

তুনা —ঐদি ৱানোমহৌদদুন শোইহোরে, ঙা চরা অম কৎতুন লৈত্তানথেম অমুকাত্রোংন ফমগ্রে; ৱা মনা কবোক, দক্ষিনা

থরদি ফিরৈদা মাংখিনি।

চাউ— তাদ মতম অমা ওইন তোরে। মেট্রিক পাশ তৌজরব নচা য়াইমদু হুজিক ফাওব থবক ফংদেদনা চহি অহুম য়াক্লে শেল পীজদবদগি।

তুনান—ইবেম্ম মতম্মনিদি হায়ববু হুজিক্কালগি নহারোল লাইরিক ময়েক চৎলবশিংসি কাম্নদোব মহৈবু ইতম তম্মন্দ্রে। মখোয়গি ডাক্তোর, ইঞ্জিনিয়ার, ফোরেষ্টার, বারিষ্টার, এগ্রিকলচরকা হায়বদু ওইখিবদি থরদনিদো অতৈদি চম্নভম লৈতবনে। ওঝামচা, কেরাণী মচাস্থ চহি খুদিংগি হাংলকউ হায়বদি য়াদবনিনা। পুং ইশৈ, সনা শাব, ফুরিৎতুব, কোনশূব, থাঙ শূব, য়ুমশাব, ব্লাইতৈব থবক তৎতন হাংবশিংগিদি ইতম তম্রদ্রেদো সাহেবকি ফিজেৎ চাকচা পান্নবদগি।

তাই— মানি ইতাও, মদুস্থ চুম্বজাৎনি। লাইরিক হৈনব তম্নদে অয়াম্ব ছাত্রনা করিগুম্ব পাম্বেন সার্টিফিকেট ফংলগ লোইরে। অদুনদি পাশ তৌরগ করিমত হৈতে। ওঝা, কেরাণী হাংদ্রবদি নহারোল থবক শূদ্রে, "থা থা থাবুংতোন থবক অমত্ত থাদবিরকউ" লাওদুনা লৈরে, কুরুক্ষেত্রগি মশক ওইরবা তাইবংপান্দ থবক অম নল্লগ অম তৌদবদি য়াদবনিন দুর্য্যোধণ দুশাসনগি পার্টিদ নল্রগ গদা পার্টিদ মিং চল্লুরে লৈবাক্ত ঈ তাহন্নব মপী শিম্বহন্নব মতু শোনবশিংগি

চাউ— মরম্নাই থবক লৈত্রবনিন মীন নেরুব ঙায়দুন লৈরে ঃ লমজাওদ লাওর চৎলুরা ভোট মিটিং য়াওরা কনাগি য়ুমথক্ত সুংদুম্ন থাওগে, থাঙ পায়রুসিরা, সুপী চিংউসিরা?

তুনান—ঐখোয়ন কান্নব থবক নেকপদি য়াদে নহায় যাত্রামা নংবো ঐখোয় তোম্বদ মমান্নব থর হোরু, মাঙ্গোন্দু খরা ফল্লাং

খরগ ব্রাই চৈৎনিম্ননব, চাক কৌগে হায়য়ু, মথক্তি ঐ ফুপ-চরগে হায়ববু অত্নুগুম্ব তগোম্প থবক তৌমিম্নসি হায়রুবদ আজকালগি ইনাম্নবশিং ইকাইবদে কনামত য়ারোই হায়নে!

তাই— চাক চাব, যুম পানবদংগ ইকাইহনবিরবদি আজকালগি নহারোলশিংসি থাগৎনব য়াদৌবনি। অঙকপনি ইতাও, তাইবং মীন মুংঙাইন হিংনব নাপী ফানব, শিং য়ানব, ঙা ফাব, লৌ উব, অমোৎপ শেংব, উ শূব, থাঙ শাব, ফিশাব, য়ুম ফোৎপ, লম্বী শেম্ব, নুং হোনব.......................
করিগুম্ব কান্নব থবক অমত্ত অচোম্প শিল নত্তে। চৌকীদ ফম্ব; চে শূব, খোংগ্রাও শেংপ, নেকটাই পুনবন, থবক হাপ্পদ শেল চাব, ব্রাথোক্লবগি বিচারদ মীচং চংনিংবদ চংবন অরেম্ব ওইদে, লাইব্রিক্তি কর ফরব ব্রা ফনা তাকই, ফত্তব-মথৈদ খন্দুন হৈখিবা নহারোলসিবু করম্ব লাইমুগি পার্টি ওইদৌরিংনো?

তুনান—হঙ্গাম কোবী পাম্বী অমদ, শিকি মথাই লুপা য়োরব মতম-সিদ ঐখোয়গি হিঙ্গোলতুদ থবক লৈত্রে হায়তুন ঐাখায় নচা তোম্বদো ষাত্রামা, থবক য়োনব লোইশং অমা লৈরিমানে, মচুদ নিতিগি থবক নিব কারিবা, সাহেব অমত্ত ওইহনবীয়ু হায়রুনা।

চাউ—ঐখোয়স্থ য়াইমতু ঙসিদি থবক পীত্রবদি ছুরীন থীম্নি হায়ন চৎখ্রে।

তুনান—অওইত্রনে ইবেম্মা? ব্রা থোক্লম্ননি। নত্তে, ইতাও তাইবং-জাম্বখোয়ন ওঝা ওইবিত্নুন লাইরিক তম্বিরিবসি, থবক ফংনব লাইরিক মরৈত্রবা? থবক ফংদব মেত্রিক, বি এ, আই এ সি মশীং য়াম্মেদা! ছাত্র মচা মাংহনবসি ঘাদি ব্রারোম্নু ইতাও, ঐদি ওঝাশিংদ তাইননিংঙি।

করিগিনো মখোয়ন শেল অচুক চংনা, চহি অচুক মাংন পুক থল্লোইদব লাইরিক তম্বিবসিবো।

তাই— চুম্মী ইতাও, আজকালগি লাইরিকসি অয়াম্বদি অঙাং ওইরিবৈদ লিংলম্ব ফুরিং ষষ্ঠী পুজাদ হাপ্লদুগুম্ব হুজিক চানদ্রব য়াম্ন য়াওরে। ওবা কেরাণী ওইনব অকরুব বার্ত্তোনগি মী থবগি খাকপ কা হৈ দক্ষিনাদু বার্ত্তোন য়াওদন লাকপ ভাবোক্ত য়াম্ন য়েনখিদুন কোম্নদবগি ভাবনি। মদু ইতাও অয়াংবুরেন্দ তায়নব য়াদে, ওঝা-শিংদ ঙাক তায়নবসু য়াদে। পুক থন্দব য়াদব ছাত্র খুদিংন মতমগি কাম্নরিব শিল অম নত্রগ অমদি পাঞ্জা তান হৈনব তম্বদব য়াদবনি স্কুল কলেজদ তম্বিত্রগ য়ুবদ লম্নাই ওইনা। অঙাং খুদিংগি মকোক্ত হাঞ্জিনব তাবনি ইতাও! কাম্নব থবক খুদিংমক অরেম্বা ঙাক্তনি, চোংনীদ ফম্বন ঙাক লেম্ব নত্তে হায়বসিনি।

তুনান—মানি ইতাও, তাইবংপানসিদ থবক্কি থবক ঙাক্তনে।

তাই—ধর্ম্মগি মশক ওইরব কর্ম্ম ক্ষেত্রনে, থবক য়াম্ন লৈপ্রপোথনে, খোখোংপ অরেম্বা থবক ঙাক্ত, জাপান, ইংলণ্ড, আমে-রিকাদসু।

তুনান—নহারোল লাইরিক হৈবশিংসে মখোয়ন তারবদি শাওনি, কাম্নভম শিজিম্নভম লৈতবনে ; থবক হৈতবদি লাইরদুন মবুকচেল অখোইবদো, নেকটাই, খোঙ্গ্রাও অচোনবদো শজিক ফানব, রাই তৈবদ, লৌ খোইব উ শূবদ অচোপ্ল থবক্কি থনব সম্থী কোক্তুন শজিক পীজবদ মতিক চাবনি। লাইরিক হৈব ঙাক্ত লৈব লৈবাক্ত কনান লৌ উই, ঙা ফায়, ফি শায় ?

তাই— অপঙবমথৈ পুক থন্দন হিংসমু !

চাউ— অতনবমথৈন তীন ফাদুন চাসন্নু।

জম্বূ— ( মাইকতৈ লাপ্ল ) ওঃ ব্বা অমত্ত হংজগে। তারিব্রাও ?

চাউ— ( মাইকতৈ লাপ্ল ) করি ওইরবনো ?

জম্বূ— ওব্বা তোলেনগি সঙ্গায় ওইরব্রা সিবো ? ( মাইক নক্ল )

চাউ— মানে। ( নক্ল )

অতোপ্পী হায়বদু ওইব তায়, খঙনি, শঙ্গায় থীব লাকপদ শঙ্গাই পীজগে।

তাই— শান্তি চাউবী, অহিংসা, তুমিন লৈয়ু, ঐ কনব তৌগে।

( অমেংবা যন্ত্র খোন য়াক্ল লৌই )

জম্বূ— চহি ২০ শুরব মচা অহুম পোক্লব নিপাদুবু মখোয় বাজিনা অর্জ্জুন শারদুন ইকাইব পীবিরকপদি করিগিনো ? "নশক খঙদে, নমাদু পুরকউ সাক্ষী ওইনব বভ্রুবাহন" হায়বিরকই হায়বদু অচুম্ব ওইরব্রা ? ( য়াক্ল ) খোইনীং হায়ব মীংদু অদোম্ন থোল্লম্বনে মহাবীর, সতী চিত্রাঙ্গদা ঐনা লান মনুংদ খোংজোম খুন্দ পোকচবনে। চাকথাক পীবিগেরা, থবক থিবিগেরা মতিক চাব বাবু অমা ওইনবা।

তাই— শাওগৎকম্নু জম্বূবতী, নিপাম্মচাদু য়াওরকত্রা ?

চাউ— চহি ২৭শুরব নিপাম্মচাদু নহান মথৈদি লৈ হায়ব তাদে-দো ! ঐস্নু লুহোংলগ লাকপনি য়ুমসিদা। ঐগি নিপা মচা অহলদু চহি ২২ শুরে।

জম্বূ— ইবেম্মখোয়ন লৈবাক্কী থবর লৌদনা য়ুমপানব হানখি-বননি, নখোয়গি লুহোংবগি কবোক্ত তোনা অমা খোং-জোমদ য়ৌরকই, নিপাম্মচাদ পীজববু কর্পূরনা থায়

হায়ডুন চাউ য়াখিদে। লান মমুংদ বেন্দ পার্টি ফংদডুন লুহোংব য়ৈথোকখিবনি, ঙসি ঐস্তু হোংব তারি শুমাং-সিদ। ঐখোয়ন অপঙব তায় হায়ডুন তোকপনি, ইম্ফল-সিদ লুহোংবসি ইকাইনদডুন লেমনরিবোইরে।

তাই— শাওগৎকনু খোইনিংমা, নংস্তু যাত্রামা, অঙাংশিং তাখিনি থংনব ফজদে, য়ুম নিংথিন পান্নব, অঙাংশিং থবক ফংনব ইংন তান্নসি। হৌখ্রব রান খোইদৌদ মোরোক শাহল্লগ কান্নব পোৎ নত্তে। নংগি কুমশি ফৌদি কয়া হাপচৈ? লৌশীঙডু কায়দেকো?

জম্বু— লৌ পরি অমদি অঙাংগি থবক থিনব য়োনখ্রে লিশীং ৬ তা, কুমশিশিদি ফৌস্তু ফৌবোৎ ১০০ দমক হাপ্লি। লুপা লিশীং কয়া চংলগ নিপাম্মচাসি সাহেবমক নত্রবস্তু বাবু অচৌবনি হায়ব য়াব থবক অমত্ত পালহনবা য়াদগে?

তাই— হায় চাউবী, চা খর লোল্লু, চাক চারল্লব্রা থোংহনসিরা, নিপাম্মচাডু কোন্থোংদ লৈহৌব্রাও? নহান অমম্বদ মশক্তু উহৌদ্রে, কয়া নুংঙাইত্রে। ঐ কৌপিল্লুগে কদায়দ লৈহৌই।

জম্বু— ইকাই হায়ডুন চংলকউ য়ারোই, কোন্থোংদ ফমহৌই।

তুনান— ইবেম্মা, পাখঙদুদি করি পাশনো?

জম্বু— খুড়াবু মেট্রিক ফেলনি। লুপা কয়া তিংলগ মখোয়গি সার্টিফাইডু লৈব য়াদগে?

তুনাল—সার্টিফাইগি বাজার দোরসিদি ইতাওগ তান্নরগ থোক্কনি শেলবু লৈরবদি হা ইবেম্মা যাত্রামা?

চাউ— লুপা লিশীং অনী অহুম পুরগ গৌহাটিগি ঝালুকবাড়ীদ লৈব ফংই হায়ব্রা ঐদি মুম্ন থঙদে তাদ।

তুনান—ইবেম্মা খোইনীংমা নংস্থ ইম্ফালদ হোঙ্গৎলব্রোনা ?

জম্বু— ঐদি চান্নন হোঙ্গৎপদি লৌ শেম্নবিনিঙাই লৈতে। নিপা মচাসি ফোবোং ৩০ মুক্ত সাটিফাই লৈনব লুপা লিশীং অনীগ থনম্ব তারি মেত্রিক পাশ তৌদ্রিব ফাওব।

তুনান—লৌ অচুক য়াম্ন চাব, থবক শূভম অচুক লৈবদু থাদোক্লগ তলব চাব বাবু ওইনব হোংনদৌরিব করিগিনো ?

জম্বু— খুড়া, মুপা মচাগি মুপীদু মচা অহুম থনম্মগ লৈখিদ্রে, ইম্ফালদৈ লৈশাবী অম থিবিব তারি ; ইম্ফাল মুপীনদি তলব চাদে বাবু ওইদে, দোকান্দৈ শোৎতুন হিংদে, লৌ মরম্নাই উজবগ ফোবোং ১০০ খিন্দুন চায় হায়-রবদি পাম্নদ্রিয়ে, অচুননি খুড়া !

তাই— মাইক্তে লাপথোক্ল হায় চাউবী, চাক থোক্কৎলু য়েঙ্গাং হাওনা, নচা উনিংই হায়বদু লাক্লে য়েংলরো। মচেদু চা পীথক্লব্রা ? ( মাইক্ত নকশিন্ন ) হায় নফি নরোল হোং-দোকউ, নং শেঙ্গাওদু ননাওবু উপুদ থমহল্লু। ( মুংশিব ঘন্ত্র মখোল )

"তাইবংজাম্বা"।

(পরেং—৩)

তাং ৬।১০।৬৮ ইং

অয়ুক পুং তরা তারব মতম্নি। ফক্লাং ঘড়ীন ১০ থিংখি।

তুনান— ইবেম্মা চাউবী, কেথবী মমা লৈতব্রাও?

চাউবী—তাদ লেংশিনবিয়ু চৌকিদুদ।

তুনান— মাগি বাজিবু লাইরিক তম্বিবা চৎখিবদৈ হল্লক্ত্রিবা? কদায় কদায় চৎনখ্রে মমা মচাদুদে, মশক উদেনা?

চাউবী—লাইরিক তম্বকা চৎতে তাদ ঙসিদি, ঙরাং নিপা য়াইমদুন থবক হাপ্পগি শেঞ্জাব পাম্বোম অমা মকোক থুগাইরুরে হায়দুনা চৎখি। তাদ ফনা চেকশিন্না হোৎনজবীনি, লাইতীন খুরুমজবা, ধর্ম্ম কর্ম্ম কায়দবা লৈকাইসিদা ঐগুম্বী কনা য়াওবগে?

তুনান—অশেংবনি কেথবী মা! লাইনীংবী তাইবংজাম্বী হায়নৈ।

চাউবী—ঐনা হায়জরিবসি নাপন নত্তে, স্নুক ব্রান হোৎনজবী ঐসি য়ুম পানবা ঙম্মোইদৌরি, মতম অসিনা অহোবৈ অহোব ঙাক্ত। মীনস্তু ঐবু থানবিদব, মপানস্তু ঐবু

তুনান—ইতাওন ইবেম্মবু লাইবদি নত্তেদা। নবুক্লিং তপ্প—

চাউবী—তাদ ঐ হন্দক পুক্লিং খরা নুংশি, মাগি মুপী লোয়াম চাবীসি লৈনা লৈনা হন্দক তপ'নসি উৎসব কৎপা ঙমহৌদ্রবনি। ঐবু লাইরৈবাক্ত করি হায়রমদগে অহল লম্মন্ন, হায়বসি থল্লুবদ তাদ ঐ হন্দক মরকসি থব্রাই ইম্মোক্না নুংঙাইত্রপোৎনি। (কপ্নীং খোম্মোক্ত)

তুনান— শাওম্নু, কপকম্নু ইচনসিদি। চাক তাংবসিদ তত্তুন উৎসব কৎলগ পুক ময়াই চিন্ন চাশিন্নব, অরেম্বদ চাক ইন্থাং য়াম্না মাংহনব থোক্কনি হায়দুনা তৌব ওইরিনি। তুনান অরাংবুরেন ঐস্নু মীগি বার্ত্তোন্দি লৌই, পেন্নব চারকই, মপুদুবু থাগৎপিরম্মী, পোৎচৈ তাংবসিদ চেং থোইদিং তিংথৌ, ইশিং লৈ খর নত্তুন অহল লম্মন লৈখিদ্রবশিংদ কৎপ ভমখিদে। ইপাঙ্গন ইরৌশিংন তাঙ্গব নত্তুন অরেম্ব শেল ফংদব, নখোয় ঐখোয়না অহিব যাওব থাকপ ভমদবদ, শিগ্রবশিংগিদমক কৎপ ফত্তে ইবেম্ম। করিনো মতিক লৈব অমমম্ন ৫ চৎপী ১০ চৎপী নোটসি লাইরবশিংন চাক মৈ থাগৎনব উনা অকংব খোম্বদোন খোম্নরবপোৎনি।

চাউবী হন্দক বারকপা মমা মচাদু তাদ শেল কোম্ন উই, ফৌ য়াম্ন তাইনবস্নু লৈরিমানে। শেল পায়রবনিন শকথীবীদু কুচুস্নু লংঙে।

তুনান—য়েন্নতুন চানব খৎনস্নু ফৌ লৈরিবমথৈ। হুজিক্কি কদায়দ চৎখ্রিবা?

চাউবী- দোকান্দ পোৎচৈ য়াম্ন লৈরুনি হায়দুনা চৎখি। মচাদুশি থবক মচা অমা থিবিগে হায়রগ মাগি শেলদু খর পায়দুনা কুচু খরা লংরা য়েংসি হায়রা? ধর্ম্ম কায়বা থবল্লা অসিবো?

তুনান—মতিক চাদবদগি শেল অকোম্ব চেৎন পায়বিনব লৌ-থোকপ ধর্ম্মনি, পাপ নত্তে। মমা মচান পায়রিবা শেল-দুগি ময়ূম ইম্ফালদ লৈ, মখোয়নীন থিনবিরকপনি। লুপা লিশিং অমত্তং ১০ নী ২০ নীদং নখুৎত পোথাহল্লু কেথবী মা। নশা ফগৎল্রা য়েংউ।

তাইবংজাম্ব—( মাইক্কে লাপথোক্ল ) তোম্নু মা চাউবী ! মমা মচাহ্নু হল্লক্লব্রা খৈদেন্দগি ?

চাউবী—হল্লক্ত্রি, মতুং ইন্দূন খোংজোমদ লেংব তারব্রা ?

তাইবং—পঙগম্নু চাউবী, মখোয়গি চাক ওনব য়াব ফোহ্নু খরা লৌখৎলুসি, ফো খিন্দূন নচাশিং থাকপ ঙমদব ঐবু পাম্মুগম্নু, কুইরক্কদব নক্তে, নিনী হুন্নিদ হুৎ হল্লক্কনি, ছুটি লৌদৌরিবনি। ইতাওস্থু ফম্বিরম্মিব্রা ?

তুনান—ইতাও, নিপাম্মচা য়াইমগি ব্রাথোক্কে হায়বদুন করম তৌবা তারে ? ঐদি তাবদ পাখৎলবনে।

তাইবং—উকীল অমদ শিন্নজয়ম্মে, হোরেল পুং ১১ তাবদ মেজিস্ট্রেট কারক্লগ জামিন্দ থাহনব য়ানি হায়রে।

তুনান—লুপাদি কয়া তিংলম্মে ইতাও ?

তোলেন—ফন চেকশিনব নিপানি ইতাও, অদুবু মতম্ন য়াদে। মেজিস্ট্রেটত ঙা লৈবগি ১০, উকীলদ ১০, কুনদি কুলহৌরে।

তুনান—ইতাও ওইবগি অদুদন য়ারিবনি, শেল থর কোম্ব মীদ থোকপ ব্রাওইরম্মবদি ৫০০বু তিংলম্নি।

চাউবী—মীন তাম্নরবদি শেলসি কেকু লোৎলি, শেলন তাম্নরকপদ মীন কেকু লোৎলবদি তনগ পালগ চাব হায়বস্থু ঙাই। হন্দক খোংজোমদগি মমা মচান মচাগি মপা থিব লাকইবনি খঙদে, থবক থিব লাকইবনি খঙদে।

তুনান—অনিমক থিব ওইরম্মস্থু য়াই।

চাউবী—খুন্নুন মথোঙদ কল্লি হায়বগুম্ম অদুক ব্রাং চাউথ্রবী খোংজোম নিঙোলহু ঐ বিদে, উশিন্তে হায়দুনা পাইশিল্লগ মমাইঁদ শেৎ শেৎ কন্নিংবনে তাদ ইবুংঙো, অদুদ মখোয়গি

বাজিগি ইজ্জৎ য়েংদব য়াদবনিন য়া ক্রক ক্রক চিক্তুনা থাংবনে ।

তুনান— মানি মানি লৈবাক মচা হায়ববু অদুনি। শাওরগ রাইব, খুজিম্ন থোংনব, য়ান চিক্রব শারমচংনি ; শাওব থাংব কয়া য়াম্ন ওম্ব হায়বদুদ মতিক মগুন থওনরিবনি।

তোলেন—ঐস্ন ইতিক ইগুন হন্থদনব হায়দুন মমান শাওনিংব থাংবগুম অদুক মুংশিখিব্রব মমা মচাদু পামশিন্নরবনে ইয়া ক্রক ক্রক চিক্তুন। মুংশিগ্রব ইচাশিংন শায়নব চাক থোকপ ফো খিল্লি মমা মচাগি কোট্ট, ঙা-থুম লৈনব য়াব শেল মথোয়গি শেঙ্গাওদ য়াওরি। ফিভম অসিদ ইতাও নিপাম্মচাদুগি থবক থিবিনব ৫০০/৬০০ তং পায়হৌব, থোংজোমদ নিনি হুম্নিদং ফো চিংখৎপ চৎলুবসিবু কয়া য়াম্না চোপ্প তারদগে ?

তুনান— করিমত চোপ্তে তৌগদবমক্কি ইতাও। অতোংবদগি অকুৎপদ থোথব সমাজবাদকি নিয়ম্নি, লৈবাক্ক পান্নরিব অরৈ-লৈত য়েম্নদুন চামিন্নব।

চাউবী— সরকারস্থ মদুম্ন তৌই হায় তাদ। ঐথোয় নিপাম্মচা অহল যাত্রাগি তোলোবতু মথোয়গি ইনকম টেক্স হায়-বদুগি থর থর ককই হায়।

তোঃ— ইনাক খুনবশিংবু কা হেম্ন শেল পায়হন্দনব সরকারন ইনকম টেক্স, শেল টেক্স, রেলথ টেক্স নচিংবা মখল মখা অয়াম্ব খাজনা লৌনরি। অরৈবদগি লৌথোকপ নীতিবুদি অথীব নত্তেদা। অদুগা ইতাও শেঙ্গা থুমজা, অরাল অহুই, পাপ কর্ম্ম তৌবসিবু ব্রাহ্মন বেদ থও-রশিংন গোপাল সহস্রনাম্নচিংব মগুন লৈব লাইরিক থীদুন তাহল্লগ চাউর চাউরবা পাপ কাওব মুংশাদা উন

তাকপগুম তঙকই কোকই হায়নরি। মসিবু থাজ-সিরানে ইতাও?

চাউবী— মচুদি ঐ খঙতি, সাক্ষাৎ কোকপ জাৎসি থাজবিয়ু। লাকপম ঙমসিন্ন থাদোকখিব চুরানব, মীহাৎপ কয়ানো; শেঙবু য়াম্ম মঙোঙ পীজরবদি ইচুম চুম্ব কাংবুদো লানব তাখিব মশীং খিব ঙম্মপোৎ নত্তে। অদুবু মাগি মুপী য়াইবেম্মন মুক্তিগি গোপাল সহস্রনাম ময়ুমদ তাজবন কোটগি মতৈ ইবুংঙোন পুথরকপ পাপমখৈ মৈখু, ওইন মাংখি ব্রাহ্মন শোনবিব নামচু তাবদ।

তোঃ — তোমু মা নংবু নমিৎন হেক উবগুম্না ঙাংইদা।

চাউবী— ইমিৎমক্ত উজরবপোৎনি কেথবী মপা। মপাপ চেন্নব-দবু দোলাল মথোন মথোন শাগৎপা ঙমগত্রা চহি খুদিংগী স্কুটর, জীপ, কার, মথং মথং লৈখৎলকই-বগি মপাপ চেনব মীন ঙম্ব হৌনব্রাও? পাপ কোক-প্রবনে নাম তাবদগি।

তুনান— ইতাও তাইবংপানসি অমম্বনি, মীগি কর্ম্মদ অরাংভম যম্বদ মমা অমত্তং কা অমত্তং ফিরৈদ য়েপ্তুনা ইয়ুমদ পুরক্তব ঐন নংন পাম্নি, লাইশ্রম চাইজোন খোয়ন দক্ষিনা য়েনবদ ফিরৈদ য়েপ্লবগি ফন চোপ্প নংগ্রবনি অদুবু ময়ুমদি ইবুং লংন পাম্লি ঐখোয় মুপীবু কল্লক-হনবমখৈ।

তোঃ — অদু মঙাইরে ইতাও, তান চাম্বিজেদ মমা মচাসিবু থম্ন লুম্ন তোব তারে। ইচাশিংগি মচীঙাক থাকপ, মকিময়োল খোনম, হাম্বন ধর্ম্ম অসিন্ন কমবন, ইতাও, নমথাক খোনম চীয়োল কারোল মচা মচা থর ঙাংব হাকপদি দোষ লৈকম্লোইদা। হা, বাম্নি কায়বরো?

তুনাম – দোম নৈতৌব তায় ইতাও।

চাউবী – হিংব য়ানরব মতমসিদা মচা মশূ, মচন মনাও, মপু মবেন থাকপ য়াদনব ইদোয়শ্মগ চেনব মীতা খর লৈরি, হোটেলদ লোম্ন চারুব, লংকৈদ উশিন্নদুনা তাশিন্নদুনা থৈখিব জাৎ, মখোয়দুনি তুঙ্কচব তীলদি ঐন নিপা ওইরবদি মচুগী চেন্দোলরুক খুৎ লিংলগ মফম চাবদৈ লাকপ কোইব, মুনব লুট চৎপ।

তুনান— মতুম্ম থানান ইনাক খুনবৈ মীচং হেক্ত চংইনে।

চাউবী— অদুমদি তাদ নৈতব লাইয়বশিংগি মীচং কনাদ তারে? মতম্ম মখোয়বু লাইরহল্লিব, শূডম চৎকম খঙহন্দ্রিবা করিগিনো? লেমন শূনব থবক পীদে, চোপ্ন আইন কায়ন শেল তায়ে থানান ফারে। করম্ম হিংদগে চেং নিভম নৈতব লাইংবশিংদো, হিঙ্গোন্দ্র কাক কাক্র পুকস্ত থরক্রে।

তোঃ — চুম্মি চাউবী আইন কায়ব থবক শেল ফংব তৌবা তায়, অচোপ অয়েম পাপ পুন্যান চরা হেনবিদৌব নত্তে। থানান ফাদনব, সমাজন থঙদনবদি তৌবা তায়, মতমসিদ হিংগে হায়রবদি। অদুমদি ফাব ঙমদনব হূয়ানব, নমথাক, লৌনম চীয়োল, শেঙ্গা থুমজা তম্বিনব স্কুল লিংখৎপ তারকই।

চাউবী— নহারোলন তমজগদবনি মহৈ অদু লম্মাই অরোনবু স্কুলশিংদ মহৈহুগি জ্ঞান নৈরব এখোয়দি খর খর শিজিন্নব চুমদ্রাও?

তোঃ — চুম্মি, খোংজোমগি মম্না মচাদ বিদ্যা অসি শিজিন্নব য়ারেপ তারবনি। পাপ পুহনবিগমু হেপতিক্ত পাবন ইবুংঙো।

চাউবী— শাংথরম্নু, মমা মচা লাক্লে, করি করিনো য়াম্বা লৈংক্লেদা, শেল মথৈ দোকান্দ থনমদুন ঐখোয়গি শরুক থাকলক্ত্রা করিনো!

তো: — তুমিন লৈয়ু লুপা লিশিং অমবু লোইরকপ হৌনদে।

জম্বুবতী— ( মাইক্তে লাপথোক্লা ) অঙাংশা, তারিব্রা কনা কনা লৈবগে? মখোয় বাজিবু লৈত্রাও?

চাউবী— ইচেন হুন্দোকপিরম্মগ খোংজোম য়োৗপ্রমানে হায়দুন সিদ স্থৎ স্থৎ কপ্পিয়ে নিপা অমা।

তো: — হেরা নংস্থ কপ্পমক্তি কপ্তেদা। কদায় কদায় নমা নচাদি খৈদেন্দগি করি করি লৈরুবা।

জম্বু: — ঐগি ইচাসি. ঐদি নহানমথৈ থঙদে, খৈদেন্দ পুব য়াব অঙাং নৎলমদ্রে উরিবা অবংব অপানব পোৎ মথৈ লৈয়ুদ হায়বনিনে।

তুনান— চহি ২৬/২৭ কি অঙাংন পামগদব পোৎতি থোকখ্রেদো আজকালগি ৈগদেনসিদ।

তো: — লৈগদবনি ইচান অপাম অপাম্ব পোৎ মথৈ।

খোইনীং—কদায়দগিনো লৈনীংব পোৎ শুরক্তি পোৎনি বাজি। শেল লৈরবদি বাজিগি লুপা ১০০ মুক্তদি পুথিগে, ফো শংবাই ৪/৫ তায়রগ শিংজরক্লে।

তো: — পুরকপ শেল মথৈ দোকান্দ পীরম্মব্রানে নিপামচা?

জম্বু: — ওক্তদুন মপাদগি ১০০ পুগে হায়রিবসিনি। ফো তায়ত্রবস্থ য়ুম হেক য়োৗবগ শেলবুদি লৈরিয়ে।

তো: — হরে হরে! দোকাম্ন লৌরমদৌব শেন্দোংসিদি। করি করি পোৎ লৈরব্রবা? করি করি বাৎলিবা নংন লৈনীংবনা ?

চাউবী—অমুক্ত অপাম্ব মখৈ লোইন লৈত্রবস্থ হয়েংমুক কারকপদ খর রাংপত্থু লৈব য়াই। কদায় কদায় নোনে নিপামচা নংন লৈরকইব পোৎপো ?

খোইনীং- একাগাড়ী অহনব ৪৫০ পীব অম, হাতঘড়ী ২৫০ পীব অমা লুপা ৭০০ লোইরে, খোঙ্গ্রাও কোট কোন্নব মখোয়গি স্যুট হায়বত্থু লুপা ২৫০ লৌনি হায়বদ খিৎতং চিন্নি চাফাৎতে হায়ত্থুন ৩০ তাহল্লগ ২২০ দা লৌরকই।

তোলেন অচাবদি লৈরক্তনা অচিনবত্থুদি নশা ইনখৎলকইব নংনা ?

খোইনীং-চিঞ্জসনু বাজি মত্থুন পামত্থুন লৈরক্লবনি ; খোঙুপ ৩০ পীবত্থুগদি লুপা ৯৫০ চংখ্রে, আনোক নিফু পীব অমা ইমা ইচা ফোটো নম্বদ লুপা ১০ গ লুপা লিশীং অমা ফাখ্রে।

( চাউবীন 'হরে হরে' মুংশা মপী হোল্লি )

তুনান— ইবুংঙো নংবু নমীৎ ফক্সক্রাও ? আনোকতি করিগি লৈরুরিবা ?

খোইনীং-খুড়া মীৎ ফরি, মতমসিদ আনোক হাপত্রবদি লাইরিক হৈবা মান্দে হায়ত্থুন তৌবনি।

তোলেন-হরে হরে, লুপা লিশিং অমা লোইখ্রবা ! রাম রাম,

খোইনীং-বাজি ফুরিৎ অপাব মখোয়গি চেদোনা তৌবজাংস্থ থোকহৌই, লৈনীংখ্রেদা। লুপা ১০০ দং পীখোদা।

জম্বু— নংগি ফুরিৎ চে মানবীত্থুদি লায়রি, ইশু অহুমগি ফুরিৎ খোঙ্গ্রাও লৈনব শেলবু নংগি অনোক মচৈদ পন্নগ্রে।

তোলেন-করম্নো পীনিংখ্রেদা ইচাগি চে ফুরিৎক, ইশুশিংগী ফুরিৎ খোঙ্গ্রাও লৈনবা শেলগসে। মী য়ৈনবগি কেশ অমা

থোক্তুনা লুপা ৫০০ তিংখ্রবনে ঙসি অয়ুক। চহি ২০ সার্ভিস শুরবশিংগি তলব মখাক লুপা লিশীং ২/৩ দু ফংলবদি হুজিক কয়া নুংঙাইগবনো! করম্নো চাউবী ঐন তৌদোবসে?

চাউবী—খোংজোমদ হাজিরা ৫ নী ১০ নীদং শূভম লৈগদ্র মদু মঙাইরে, সুম্বাইদদি তল চানবন অয়াম্বনিন ফি-রোল অকে অমৌ সেম্বা পাউদরগি রাদি খন্নদ্রে।

খোইনীং-লৈত্রগ য়ুমদ ফৌ খর তায়রগ অমুক কারকপ হায়বদুনি, ইমা খোংজোমগি গাড়ীদু পুং ১১ ॥০ দ থাগদবনি, চাক চাবা নংনি থাজদ্রে।

জম্বূ— মখোয় বাজিবু খোংজোমদ ফৌ চিংখৎপ লেংবিব তা-রিত্রা হুজিকপো?

তোলেন-চওব য়াপোৎ নত্তে মদুদি, চাক চখোম অমত্তং য়োৎ-খিসি হায়ববু, চাউবী, নচাশিংদু চাক লোইখ্রবাও?

চাউবী—য়ুম মাংই হায়দুন চফু উয়ান কোল্লিক ব্রাইরম হোৎনবদ ফৌবু শুব ঙমদ্রি, হোটেলদ্রা করিনো হোৎনবিগ্রো।

তোলেন-অদুদি ইতাও ঐ তুক চৎনুখিগে, চাউবী নচাশিংদুদু কয়দু খর শেংদোক্লগ ব্রাই কাবক কাবক সম্বীন তৈহল্লম্মু।

জম্বূ— গাড়ীগি ভাড়া ওইনব, থৌবালদৈ ঙা লৈখিনব লুপা ১০ মুক্তি য়াওরক্তব য়াদে অরিকপা। (লোম্ন)

খোইনীং-খুড়া ফম্বিহৌখো, ইমা ঐখোয় চৎচরুখিগে।

তুনান— ফনি ইবুংঙো। মীন নীংবন অম লাইন তম্বন অম।

চাউবী—রাম রাম, হরে কৃষ্ণ (নুংশা মপী হোল্লি অয়াকপ যন্ত্র মখোল)

চাউবী—সুপীমচা থম্বাল্লি, ব্রা হংগে লাওনে।

থম্বাল—করিনো ইমা ?

চাউবী- মুপীন নয়ুম পাল্লনি হায়দুন নশান পামজব নিপা খল্লদুন চৎখ্রগ কৈদৌন হল্লকইবনো য়াম তিঙ্গুংব মরক্ত ওন্নবা ? করি ৱাহৌদগি খৎনরকপনো ? নংন ঙহাক লৈতনা নপামদ চেল্লকপসিবু ইকাইদ্রাও ?

থম্বাল—ইমা নয়া নিপাদু মমিং থোইমুগ মচৎ মান্নন মমিৎ য়াম্মি, খর ৱারক্কে তৌবনি। ঐ চানন হল্লকপ নত্তে, চাক অরেম্বদ তিংহল্লোই মুংশা থীনু শেল য়াম্ন য়াওরকই।

চাউবী—থোইমুদুবু কোয়না পাইত্রাও ? করম করম তৌবগে ? জুৱার শান্নব্রাও ? কোইব্রাও ? খৎনরকপ্রাও ?

থম্বাল—য়ুমদ নিনীকা হল্লক্কে, টুর চৎলিবনি হায়রম্মি, মীঙোন্দা হঙলগদি দুরী শান্নে, সিনেমাদ শিঙেল লৈরাং পুদুনা চৎলি হায়ব তারে। ঠিক তৌগে হায়দুন লাকইবনি

চাউবী—কৌবিরদ্রবদি ?

থাম্বাল—মতিক লৈপোৎ নত্তে। তাচৌবু কৈদৌঙৈ হল্লক্কগে ? ইনম্মন মপামদ চেন্দুন পুখ্রবাও ?

চাউবী—মোইরাংদ কোইখি, ঙসি থুংলব য়াই।

থম্বাল—বাজিদি ?

চাউবী—খোংজোমদ ফৌ ৱানব চৎখি, নুপী অহনগিদা। হল্লকপদ ফৌ পুরক্লবদি য়ুমদ চংহল্লোই।

থম্বাল—চংহনগনু ইমা, নিপা হায়ব জাৎসি খর ৱারকসি।

( পরেং—৪ )

তাং২০ । ১০ । ৬৮ ইং

( শরৎকি অযুক্ত নুংশিৎ শিৎলি—
ক্বাক খোংই, নোংঙাল্লে )

চন্দ্রজিনী—তারিরিব্রা য়েংওই, কয়াদ ফজখ্রব শরৎকি অযুক অঙনবনো, য়েংও হায়মি। নোং হাংলব শংবানব অতিয়ান থক্ত খল্লে নোংপোকতা মুমিৎকি ঙাংানর মশেক্ল অমোৎপ অমস্ব শূদোক্লে, মরেপ ব্লাংবী শৌগ্রী পাম্বী, মঙক নৌবী লফুরিৎ অথোনবী, অপারাজিতা, জবাকুসুম, শঙ্গোইদাক অমুরী, আতোরগুলাপ অঙাংবীসু মাগী মাগী হেক লৈজবা ফিজেৎন লৈতেংলদুন য়েংনরে দুর্গাদেবীন লেংলকপ। পুঙতোন পাম্বীদ পুমঙৌ ঙৌরে, কফোইন ঙাংন চেৎখায়রে, ইবেম্মদ কৎনরে লৈজব খুদোন। ঐসু চীংগি জগোই মতেক অমা চীং নিঙোল পার্ব্বতীদ কৎকে, মহাদেব শাদুন অমুক্তা য়েংবিয়ু হায়বনি।

যাত্রা— অমুক্ত লাংখিনুবা চন্দ্রজিনী, শেন্দ্রাগি এক্লকাস´নদু শেল য়াম্ন চৎখ্রে, হিসাব অম তাখ্রে হায়বনি, পেট্রোল লিটর নিফুমঙা, ঙা লৈরকপদ লুপা ১৮ গ পৈশা য়াখৈ... .. চিনি কিলোগ্রাম অনীদ লুপা ১১......

চন্দ্রঃ— চাদিং তৌখ্রব শেলবু হিসাব তৌরগ কনান হন্দোক পিরক্কদগে? ধা খ্র খ্র তিন নাং, তা তিন তিম্নাং

যাত্রা— ঐ'োয়র্ন লৈরিবসি য়ুমদনে চন্দ্রজিনী, হোনী—মুন লোইশরে, ইচনশিং ইনাওশিং হৌগৎনরম্মনি ঙাওশিন্নমু হায়বনি নন্দন কাননগি অপ্সরা। ইমাদ তম্মুত্নুন শা শারনি।

চন্দ্রঃ— তাইংজাম্বগি মচাহন যাত্রাসিং ভায়, নংসি সত্য স্বর্গদ কাব ঙম্মোইদব নশা পান্দ্রব তাইবংপানগি তীম্নি হায়। অতুদা খঙদে একাউন্টেন্ট বাবু, ঐ ঙসি অয়ুক সিনেমা য়েংব চৎকনি, দুর্গা পূজাগি মথেল অম ওইনা। ঙসি নখোয়গি ছুটিনি।

যাত্রা— ইমাদ করি হায়ন নমথাক তৌরমসি হায়বা ?

চন্দ্রঃ— মতু খন্নসিনে, নংগি হিসাবতু থম্মো। *I hate accounts darling.* ইখাগি অঙাং নঙ্গোন্দ লৈরগ খর নহা ওইসি হায়বয়াগত্রা হায়রগ, নংদি খুড়া ইংঙো য়ুম পানব হৈদোরিদা !

যাত্রা— ইমানি লৌন লৈনরিবসি *marriage between heaven and earth* স্বর্গগ মর্ত্তগ লুহো ব হায়বতুনি। ঙাইখো, (কাক কাক খৎপা তারগ) কনানো ? তোম্বুরা ?

তোম্বু—মানি তাচৌ, চা পুরক্লে। ইতৈমগিদি:ইচেখোয়ন চাকশংদ থকমিন্নসি কৌরকউ হায়রকই।

চন্দ্র— ঐ লাক্কে ইবুংঙো, অয়ুক অয়ুক চা থকপসিদি বিস্কুইট, অনীহুম অনীহুম লোইনহনব ফব জাৎনি।

যাত্রা— অনীহুম নিপাল ১৬/২৪ থাদ লুপা ৫০/৬০, চা থৌনব বিস্কুইটতদা।

তোম্বু— চাকশংদদি লফোই লৈহৌই ইতৈমা।

চন্দ্র— গুড, মতুন হেন্ন পাম্মি। (চৎখি) ঐগি লফোই কদায়, কেথবী ?

যাত্রা— নং ব্রা হংখিগে, নিপাম্মচা তোম্নু ঙাইখো।

তোম্নু— ইতৈমসিবু তাচৌ কোম্নুংদৈরা? মশক্তি ফজৈ হায়ববু থবক্ত শূনিংদ্রিবা অহাওবন চানিংইবা! লোম্ন

যাত্রা— অন্দর ট্রেনিং রাইফ নি পরীক্ষা থাদৌরিবা।

তোম্নু—ইমান পরীক্ষা লৌরবদি পাশ ওইনি থাজদে।

যাত্রা— ঐখোয় বাজিবু খোংজোমদ কৈদৌব চৎখিবা?

তোম্নু— ট্রেনিং গি চৎখিবা ওইরমানে, খোংজোমদ ইমাহন অম লৈরম্মে, তাচৌ অহলম্নু মমিং খোইনীং কৌই, সিদ মমা মচা লারুম্মে। মমা মচাদু মশাদি ফৈয়ে, মল ঙাক্তনি।

যাত্রা— ইমাগ চিন্নদ্রাও? বোক্সিং তৌনখিদ্রাও?

তোম্নু—পাঙ্গলদ মখোয়ন হেস্লি হায়দুন, লৌশিংন ফৌ পুখৎপ য়াগদ্রা হায়দুন বাজি থাখ্রিবনি ইমান। তাচৌ মখোয়গি তল হায়বসি ফন য়াম্ন চারবস্থ পুক থনক্ষম খঙদেদা।

যাত্রা— ঙসি কয়ানি শুরে. বাজিন লৌ উব চৎখিববো, ইম্ফাল মেথোড লৌবুক্ত কুমদবিদ?

তোম্নু—চয়োল অম ফাদ্রি ফৌ মুল্লমখিরোই, তাচৌ।

যাত্রা—ইমাদি হরাওব্রা কমদৌই?

তোম্নু—ফৌ খর লোকত্র হায়বগি খন্নদি হরাওই হায়ববু বাজিন ইল্লক্তব ৫।৬ নী শুরবসিদদি মুংশা খন্না থীরে চানন ইম্ফালগি পাল কাউখরদ্রা হায়বগি।

যাত্রা— থৈদেন্দ ঙহাক্ত চৎলুগে নিংথমথাগি ফিরোল য়েংব, লৈগদব য়াম্বন জ্ঞানবু তাদ্রে।

তোম্নু— তাচৌ ঐগিদি শামতুগি সুইটর অমা য়াওদ্রবদি ক্লাশত ফম্বদ ইংবন লাইরিক তৌব য়ারোই। তাচৌগ ইতৈম-গবু ফি য়েংবরা সিনেমা য়েংব্রা চৎতৌন্নিববো?

যাত্রা— ইমান হংলবদি ফি লৈব চংখি হায়ন খুম্মুকো, লৈবদি খর তপ্ন লৈসি। নতৈমদু কৌরকউ চৎলো ইমা লৈত্রিঙৈদ যাত্রা তৌহৌবন ফৈ।

(মুংশিব ষন্ত্র মখোল)

যাত্রা—লাকওনে চন্দ্রজিনী, কেবগি পেনব নাইদবসিবু করম্ব সুপীনো? কদায়দ থেৎতোরিব আতোরগুলাবনো, অদুক রান হেক্লব লাম্মিবদুবো?

চন্দ্র— নহাক্কী কোট্ট থেৎপিগে তৌবনে ইবুংঙো, এখোয়গিসু জীপমক লৈব ঙমদ্রবস্থু স্কুটর অমত্তুং লোইরবদি মতমদ কয়া তোংজগবনো।

যাত্রা— ইচিন্নাও য়াম্মি, ৫ নী, ইমাগি মহুৎ নংন শিলহৌবা ঙম্বব য়ুম্বাল্লোন খর খর থঙজিল্লো চন্দ্রজিনী, চাক ইঙ্গাং—

চন্দ্র— থাইনগি খাবক হায়দু ইউবু উখিদ্রে, চেং মচং ফজব ফাস্ট ক্লাসতু রাত্রগ কিলোগ্রাম অমনদি ইমানী লেম্পানা চাননি তোঙাম্ন লৈরবদি।

যাত্রা— কেথবী ময়ুম পাল্লবদি অউনপোৎত শেল ফনয়াম্ন চৎকনি। য়াইমস্থু থবক মচা অমত্তুং হেক ফংবগ ময়ুম পালহল্লদৌবনি। তোম্নুগিদি লায়বু লায়রি, বাজিগ ইমাগস্থু শোঞ্জিল্লক্লনি। নিংথমথা চংলকলে।

চন্দ্র— হুজিকসি শাল জুরা অথাবদু থোকপবু উথিদ্রেনে। মেরাগি জগোই খুরুম্ব চৎপদ শামতুগি জরসী, অতুগ লেডি গী কোট অমস্থ, এগি লৈদৌব পোৎসি ইস্থোক্ল রাৎলিদ অঙাংশিংগিদি লাইবু লায়রবুন। উশূঙমদ চংলগ এগি ফিরোল থম্বব উপু অলমিরা, চাংশু উ গি অমশু হংখিসি, মিপাগ মুপীগ ফি পুন্ন থব হৌনদে। এগি কোটপু অমুবন পক্কত্রা, উহী মচুন পক্কত্রাও?

যাত্রা— মচু, মচুদি ফৌ অনৌব মচুন মফজরে। লৌ পরী অমগি লৌশান মী ৭কি চহি অমা চাব কোম্নদবনিন নংগি সনাদু খর বন্ধান থম্মগ ফৌবোৎ ৪০দংগ রানব তায়রে কুমসিদি, ঐগি *arrear Pay* হেক ফংবগ হন্দোককনি। সনাবুদি ফৌন লুই।

চন্দ্র— মুপীমচাশিংগি অনৌবা ষ্টাইল নি হায়দুন আজকালদ কুরাক অচৌবা সনাগি নত্রগ চন্দ্রমুখী মপান্দু সনা মুহোর ৪। ৫ দগি শাব তায়রে হন্দক নখোয়গি তলব হেক ফংবগ। ঐন শিবদ পক্লোইদ্রাও? হীরা গি লীকপরেং হায়রোই।

যাত্রা— পকপবুদি পকনি হায়ববু, আউজিরী ইরোই য়াগুম্ব চাকসিদি চানন ফকপ জাৎনি।

চন্দ্র— পকত্রগ হেক্ত কায়থোকসি, খুদাংগি খুজী শানব।

( গিটরন তিং তিং )

যাত্রা— (লোম্ন) হরে হরে! ইমান উদ্রিভৈদ লৈথোকহৌত্রা হায়ববু হাকথেংনন মাইয়োক্লরেদনা! লাকইবসিবু ইমা নত্তবনে?

চন্দ্র— লাক্কে লাকচসনু অঙাংলাও, নয়ুম পাল্লবফাও ইমা কিরিত্রাও? ঐখোয় অবোক্তী মনাদৈসি অশেংব সনা ওইরবদি লৌবুক্তগি লোকপ সনা মচু মানব মোইরাং ফৌ কুম্বী ফৌগ ওঙ্খোক্লরোবা।

যাত্রা— করি ওইরিগবা ইমান ফিগাওদ য়োমদুন পুরকইবসিবো।

তাইবংজাম্বী-কদায়দা হৌনদুন চৎলিবনো নিপাম্মচা নখোয়-নীবো? মনীংদ মমাংদ হোরিব সম্বনকাদু নখোয়নী রারী শা শাদুন খরা খাজিনমিল্লব য়াদ্রাও? চৎলো য়ুমদ, নপা নচা থোকত্রগ হজিনগন্দে।

যাত্রা— হয়েং থাগে ইমা! করিনো ফিগাওদৈদো?

তাইবং—চাখুমগি ত্বংগোব মেম্বব মীগোন্দগি পূরকপ চেংনি। নপান খোংজোমদ চৎথিব লালদু মাইথীরমানে হল্লক-ত্রেদনা।

চন্দ্রজি—করি লান চৎখ্রিবা অবোক খোংজোমদদি?

তাইবং-হুমাংগ চীন্দোল লৈ.তালগ লান শোরুনি হায়রে, মাই পাংগ ফোন মনা পীব, ঐদি হায়বি হুমাংদন হুমাংগি মমল লোকপ য়ানি, চীন্দন কাম্বরোই, য়াদতুনা চৎখ্রিবনি ফৌ পুখৎলরুনি হায়দুন; শোৎতুন পুদুন চাবদ য়ুমথোং ফন য়াম্মে, হল্লক্লেদনা ঙসি ৬ নী শুরবকাও তাইবং-জাম্বদো।

যাত্রা— বাজিতুবু ইমাহন্দুন লৌ উনখ্রবজাৎলা ইমা?

তাইবং-ঙসি মুমিৎতাব ফাওব য়েংথিনি, হয়েং নোং ফুং ঙানবদ মীশাল থোরুবা ঐ চৎকনি।

যাত্রা— মী মমাংদ খৎনরুদুন তোক্কনি, য়াইমা থাদুন কৌহল্লুসি।

তাইবং-থাথাগি মুপী মল নত্তে, ইশামক চৎত্রবদি ফাদোক থারকপগি ভাব লৈতে।

চন্দ্র— অবোক, অবোকহন্দুবু কয়া মশক যজবগে অবোক্তোন নহা ওইন উরিব্রাও?

তাইবং—থীখ্রবা শকনিদা মখোয়গি ফৌ কোৎতুদি খরা ফজমানে। নখোয়নীবু কদায়দনো?

যাত্রা— ফিরোল খর অঙাংশিংগি য়েংবিরুগে ইস্থমথা চংলক্লবনিন।

তাইবং—সিনেমাদ অফাওব অফাওবীশিংন শেৎলিব ইল্লিবদু য়েংব চৎলিব্রাও নত্রগ দোকাম্রাও?

চন্দ্র— অনীমক্কি অবোক।

তাইবং—নখোয়বু তাইবংপানগি লৈত-লাইর অমা অনংসিবু কয়া য়াম্না কিদুন সিনেমাগি মমি কুম্মেদ লোৎলুদৌরিবনো ?

যাত্রা— মানা ফাগী তৌরিবনি, দোকান্দ চৎলিবনি ইমা।

তাইবং—অদুদি অঙাংশিংগী নিংথম ফি অহোংব খর য়েংলকউ। ঐগিস্থ মোঙ্গাফুরিৎ অথাব খৈদেন লিংবদ কানব অমত্তু য়াওরকউ।

চন্দ্র— অবোক্কিদি লৈয়োং হাপ্প জরসী লৈরকে।

তাইবং—হায় অদুমক্তি ইকাইদা।

চন্দ্র— খোংজোমদ চৎপদ লিৎনবনে অবোক।

তাইবং—অদুদি অঙাংশিংগী মমাংদ পুথোরকনু নুপীমচা, লোম্ন ঐঙোন্দ হেক পীরো।

( গীটটায় তিং তিং তিং )

তোম্বু— ইমা !

চাউবী—করিনো নুপামচা পুংদোন্দু মশা তেক্লনিনে। মুল্লাস্থ মচাসি ওম্থোক্ল ঙাইঙমশিদ্রেদা তোম্বু।

তোম্বু— সে শংমুম্নবনি নংস্থ অম চাউ ইমা, মুনব ঙাইবদ ময়াং শেকপীন চাখিদুন তোকই। ইমা নঙা, নুপী য়াইমদু লাকপনি।

চাউবী—করিগিনি হায়বগে ?

তোম্বু— করিগি ওইদগে খৎনব নত্তনা। চয়োল খুদিংগি মখোয়নী অমুক অমুক খৎনদব য়াদমানে।

চাউবী—নুংদাগি চেং ওকফাৎলোই নং তাচৌগ নতৈমগ য়াও-রবনিন হায়দুন মীঙোন্দে চেং খর পুরকপা সিদি চখোম-চাউবীদু থুংলরিবোইরে।

তোম্বু— চেং কবোক ঙৌদুন ইমা ইচাদ চাথোকসি। অদুগ

তাচৌগ ইতৈমগ চৎখিবদু ইমা নং থেংনত্রাও। কদায়-দনি হায়রম্মি।

চাউ— থৈদেন্দ নিংথম-থাগী ফি য়েংবা চৎলিবনি হায়, ঐগিস্থু নতৈমন করিনো ফুরিৎ অমা লৈবিরক্কনিকা হায়রম্মি, পংফৎ ফত্তবদি তৌরোইদৌরি মহাকমক্তি।

তোম্বু— থাজরুম্ন ইমা মতাংনে, ফি লৈরুনি হায়জিন্নরগ সিনেমা য়েংব চৎখ্রিবনে। হোরেল হল্লরুগ খঙনি, তাৎমপীনে, মশকস্থু মচীনস্থু অয়েকপা রঙ ঙাক্তনে।

চাউ— নংদি করম্ন খঙঙ্রিবা ?

তোম্বু— মখোয়নীন সিনেমা য়েংউব য়ানব তৌশন্নসি ঙাংনব তাৎতু ইনা অনীমক্ত তাহৌরব্বনে।

চাউ— অঙকপ তাইবংনিদা, মী অমগ তাৎ অমগ, মী অনী তাৎ অনী, মী অহুম তাৎ অহুম.........।
লাকও য়ুমদ চংসি, নচেচুন কৈদৌরিবা ?

তোম্বু—ইচেতোন মখোয়নী চাখুমদ চাক থোংলম্ব য়াই।

চাউ—( মাইকতগী লাপথোক্ল ) মুপীমচা থম্বাল্লৈ, তারিব্রনে। ন চচু খরা কৌরকউ।

থম্বাল্লৈ –করিনো ইমা, ঐখোয়বু কৌত্রাও ?

চাউবী –নংবু খংনদুন লাকইত্রা করি থবক্কিনো ?

থম্বাল্লৈ –মখোয়গি ইনম্মত্ন ফংই তিন্নব মুংঙাইতে, মশা ফংই নিনী হৎক্তে হুন্নী হল্লক্তে, চুরী শাম্নভমদ চাচুন থক্তুন লৈথোকথিবগি বেরা লৈতে। য়ুম্বান চাদব ইমুংদ লৈব হৌনদে ইমা।

চাউ— ঐখোয়ন থাওবিবা মফমদি ফত্তে পামদে, নশান খজ্জব-চুদস্থু শোইত্রাও ? মুপীন মপামদ চয়োল খুদিংগি

লাকপসিবু ইকাইব্রাও ?

থম্বাল্লৈ—হন্দক্তি হল্লরোই চানন লৈরনি।

চাউ— মুপী অয়াম্বগি মরাইবক্ত অফব নিপা থুংদে, অদুবু মুপী অমা ওইরবদি ফগুব নিপাদুবু ফগৎলব শেমদোবনে। নং নপা মীরোল হুক্তব তাইবংজাম্বদু মুপী অহলগি মতুং ইন্দুন ফো চিংখৎলুনি হায়জিল্লরম্মগ খোংজোমদ চৎখিব ৬নী শুরে। নবুং অপঙবদু ননম্মা মংলান-পামবীন থংক শূহন্দন সেন্দ্রাদৈ হল্লকপগ সিনেমাদ ঙাওহনব চৎখ্রে। নৌপ্‌বা য়াইমদুন মী য়ৈরুরে জামিন্দ থারি, ফাব কানদ্রে কাও থাবগুম থারবনি। ঐবু ইপামদ চৎলসিরা নংদোনা, থম্বাল্লৈ ?

থম্বা— নপামদ কাম্নরোই ইমাদি, হয়িংখোই, উচিখোই, উনা-খোই ইমাখোয়গ হৌমিল্লবশিংদু লোইন মশা শারুং তেকখ্রে, কনামত পাইরল্লরোই।

তোমু—( মাইকতগী লাপনা ) ওঃ, ইচে, ইবাই লাকইবদু উদ্রাও ? চৌকি অমা থাওও।

চাউ— ফম্মোরোও ইবুংঙো, নখোয়নীন ঙহাক লৈতন কায়নরা কৌনরা, থৎনরা চানরা কৌদ্রেম্বী শাম্নরিবসিবু থবক শিৎদ্রাও ?

খোম্মু—খুরুমজরি অবোক, ফনবু মুংঙাৰে, ঐন খিৎতং য়ুমদ থেংন হল্লকপদ মহাক হেক্ত লৈরমদে, য়ুমদু ইহাং হাংই মেরা থাগি অতিয়া দৌন, সোমদৈ ঐন মাবু কৌরগ পুখিবদ মল্লম্ব য়ুমদু পুর্নিমাগি থা থোকতৌরিবনি। মেরাগি থাবনসি ফদি ফজদ্রে।

চাউ— উম, নখোয়নীসি থাশি থানিন শাম্নরিব ওইরে।

থম্বা— আফিকৈস্ত কুম্লকপদ চাক ঙাইব ওইন দুরী ঙহাক শাম্নবম্ন

মহৌনৈ, নোং ঙাক্লগ হন্নকপ নত্রগ নিনী হন্নক্কবগি বেরা লৈতবদুবু শেল্ল কয়া য়াম্ন পায়বননো? করি করিদ মুংঙাইরিবনো? দুরী শাম্নভমগি হৈঙান য়োনবীদু চাক থোংববু কন হৈ মানেদা।

থোইমু—কদাইদৈনোনে থম্বাল বিবি, মদুদৈ হেন্ন লান্ন শাৎপ অপৈব চুম্ব্রে মপাল লৈতে। থম্বাল মনা ৬ পায়রগ দুরী নত্রগ থম্বাল মনা অনীদং কাররুব তাশ চিংবদু শ্মাই শ্মাই লাওন মুংঙাই হায়বনি ইবেম্মা। ওইদব ঙাংম্মু, অরেম্বদ শাওম্মু শরৎকি থাবল মানবী।

থম্বাল—মতাৎ হৈবন ঙ্ং ঙ্রং ঙংলবদ থম্বাল্লে ঐন হেক্ত থাজনিসিরাও? চৎলম্মো, ঐ নিনী হুম্নীদং লৈহৌখিগে।

থোই— ঐস্থ স্থম ঙাইখিনি, অদুগ চৎমিন্নসি।

চাউবী—হরে কৃষ্ণ! ও: তোম্মু, নচেন চাক থোংইবদু চাক থরা লোংউ হায়রু, সিদৈ, চেংসি পুশিনখো। অঙাংশিংন অসাই হঙোই বোড়োবী অমদা তেংপারু থাদুন শাম্নহৌবদু ঐন থীন চৈরুইদা।

(অরাংবা মখোল)

যাত্রা— মুংস্থ মুংঙাইতব অমনব ব্রারীদ শেল মাংইদা, ইমান শাওদনব করি খুম্নি, ফুরিৎ লৈশু লৈরোইদবদ

চন্দ্রজিনী-থাল অরীব ঙাক্ত ঙাইদুন লৈরক্তে, অনৌব খুংলরগ লৈরসি হায়বদু ঙায়।

যাত্রা— ইমাদি হা? হৈমা থম্বাল্লে নংদি কৈদৌব লাকই?

থোইমু—ইবাইবু, খুরুমজরি।

যাত্রা— হৈমা, নংস্থ য়াওরম্মিত্রা থোইমু? নখোয়নী খৎতি খৎনত্রেকো!

খোইমু—খংনজত্রে।

চাউবী—নখোয়নীবু করি ফিলম থুরুম্মুবগে? চাক লোইরে ইরুজনরো।

যাত্রা— করি য়েঙ্গাং পীজদোরিবা মখোয়নীবো? কনান থোংই।

চাউবী—(তুমিন্না) মুপীমচা চন্দ্রজিনী, নংস্থু নফি নরোল হোং-দোক্লো লাকও চাক চানব।

চন্দ্র— অবোক, (তুমিননা) ফুরিং হায়বদু থান অমনব ঙাক্ত ঙায়রম্মে, নিংথম থা নংনব অনৌব থুংলরগ লৈরসে।

চাউ— ফরে, ইবেম্মা, অবোক্তি নিংথম থা য়ৌদ্রিবৈদ লম্বোইত্র করিনো খঙদ্রি। লাইবক চাউবী তাইবং জাম্বী ঐনি।

## তাইবংম্পান্না

(পরেং—৫)

তাং ১০ । ১০ । ৬৮ ইং

য়েনবা খোংবদ— নোংঙাল্লে— গাড়ী মখোল তারে

কেথবী— ইচে ! ইচে থম্বালৈ ! নংবু অমুক ফমুংদ চংলত্রাও ? ঐন কোংকি ঋাইরম শেংলিঙৈদ হৌগংলম্বগুম তৌগ্রব-দায় ? ইচে !

থম্বাল— ঐ হৌগংলম্মে, মঙ স্নুংঙাইতদ্রুন অমুক চংদ্রুন মীৎ ঙহাক্তুং উইশিনবনি । করিনো করি হায়বগে, কেথবী ?

কেথবী— ঐগোয় ইমাদু মাংগ্রে নহায় । কদায়দ চৎকনি হায়-রম্মি নঙ্গোন্দা ?

থম্বাল— শেল থৌরুনি হায়ত্রা ফো ঋাল্লুনি হায়ত্রা অমদি মহায়রম্মে ঐন মিৎকপ থোকফাৎত্রিঙৈদা ।

কেথবী— খঙঙে অদুদি, বাজি কৌব চৎলম্মনি খোংজোমদ । ঐখোয় বাজিন ঙাওশিন্নব হৌদুন ইমাস্থ ঙসি ৪।৫ নীসি খোঙ্গুন তাত্রপোৎনি । নত্তে, মাগি স্নুপী অহল মল অদুন ফো পীয়ু, য়াত্রবস্থ মশাদি হল্লকপ য়ারে-দনা, অঙাংমচাদোন ইকাইব খঙদবমখৈ চাকলেম চাদুন ৫।৬ নী লৈথোকইবদুবু শাওনিংত্রনে ইচে ।

থম্বাল— নিপা মরম ওক্তব, উচেক তৌন কোইন পাইব হৈনব মীতাদ য়ুম পান্দো শরুক পান্নবন কৈ ইবেম্মা । নং চহি ১৭।১৮ বু শুম্নমংরোই কেথবী নমীৎ থকখিন্নু, লাওন পাংখিন্নু ।

কেথবী— ইচে নখোয়গি ইবাইতুস্থ বাজিদোন মুমদ হন্নকন্দত্রা? নিপা হায়বজাৎসিবু উচেক্ক ওন্নকপ জাৎলনে ইচে?

থম্বাল— ইবেম্মা, মুপীন অহানবদ হৈতব য়াদব মহৈসে নিপাই মখোঙদ খোঙজী চেৎন থাংবনি। লাইব্রা মন্ত্রদ তিংতুন খাগদব নত্তে। মুপী খুদিংমক মুপা মুপাতুন কাউব ঙমদব ওইনম্ব শাজৎ লীচৎ চৎপ তাবনে।

কেথবী— ইচেন হৈরবদি খর তম্বিয়ুদনা ঐঙোন্দস্থ ইমাদস্থ।

থম্বাল— ঐস্থ তম্মিব, শাজেন তৌতুন ঙব্রাইরিবনি পাশ নত্তে। পাশ ওইরবদি ঐস্থ ইপামদ হুজিক করিগি লৈরুনি। খর লুব জাৎনি।

কেথবী— ইবাইন কৌব লাক্লম্বত্নু ইচে নং করিগি চৎতে? ইমা ওইরবদি হরাও হরাও মতুং ইন্নখিনি, নত্তে, খোংজোম তান্ন বাজি থিরুব তন্দ্রে হায়ব ইমাদি।

থম্বাল— ইমাগ ঐখোয়গ খর খেন্নে। থম্বান্নে ঐদি, মীন কয়া উশিত্তব থাংব ঙমদে। নত্তেদু মতিক চান ব্রারকহৌত্র-বদি, হেক কৌরবগ মতুং ইল্লকই থঙগ্রবদি উশিত্তব হেল্লি।

কেথবী— অতোম্বী অমা থিরগ থায়নবিরবদি কমদোবা? ইচে নংবু মুংশা থীস্রাও? নশক খর ফজে হায়দুন করি-মত কিদ্রা?

থম্বাল— শরুঙাক চৎনগ্নে কেথবী, নিপাবু মরম ওকহনগে হায়রবদি নিপাবু মশাক মুন্ন খঙব তায়; নিপান মবুক পেন্নব রা ঙাংব তায়, চীরোল্ল খর তৌব তায়, মতিক চান্ন থাগৎপিব তান্ন, মান পামজব লীচৎ শাজৎ চৎপ তাবনে। তন্দ্রি তনগ্রব থবক্কে মুপী ওইব হায়বসে।

কেথবী—ইবাইন য়ু থকসি য়াম্বদি ইংেয় থকপ তায়ে ? মানা য়ানবা ?

থম্বাল— য়ু থকপদি কন্তে খঙবগিন, য়ুদু থকুন লৈমিন্নব য়ানব য়া ওংব তায়, ব্যবহার কায়দব তায়, মুপীন নিপাবু থানবিত্রব মতমদ মুপাদু শাওদুন য়ু থকপনি। ব্যবহার খঙব, মপুরোইবয় লুন নীংব মুপীন, নিপাবু য়ু থকপদৈ তোকহনব ওস্মি। ঐখোয়গী ইনম্ম চন্দ্রজিনীন তাচৌবু য়ায়কইবসি কয়াদ হৈত্রে। মচন মুংশিব মনাও চানব ঘাত্রা খাবু ওইরিব্রাও ঐখোয় তাচৌসিবো ? নেশা অতৈ থারবনে।

কেথবী—মদুদি চুস্মি ইচে, ঐখোয়গি তাচৌসি ইনম্মগি পুরা ওইখিদৌরে, ইমাগি মচাসু ওইনিংদ্রে, নখোয় ঐখোয়গি মুংশিরব তাচৌদুসু ওইনিংদ্রে মহাক। করিনো ইনম্মসিন পোংবদি থবক্তী জাৎ মচেৎ অম য়াওদবী, থবকসু শূজরম্নু তোকলোনে, তাচৌনদ ঐখোয়গিদমক লৈবিন্নীংব পোৎ চৈদু লৈবদদি মহাক করি য়েংক্লম খোকপগে ? মদুদদি, থবক খুদিংদ মাগ লৌভানব ভাবনে। ফৌ শুরে, শুমিন্নব তায়, চাক থোংলে মাসু য়েন্থাং শেম্বদ ওইরবসু য়াওব তায়, কোল্লিক য়াইরম শেংবদসু অদু মঙাই। মৌ খুদিংমক ইমুংগি থবক নোম্মরিবনি।

থম্বাল— ঐখোয়সু কেথবী, ওথাক তৌবি মুপীনি, নিপাবু খুদোম্বীদ লৈদুন থম্ব প্যাম্বিমি, মদুগিদম্মক্তি নিঙাই তৌদুন ঐন হুজিক ইপামদ লৈরিবসি। অদুবু থম্বালৈ ঐদি মখোয়গি মমা মপা, মনাও মচন মুংশিজবদু মুপী ঐন মঙ্গোন্দ লৈরগ তোক্লো, ঐঙোন্দ পুল্লপ মুংশিরো হায়ব মীশক অত্তে। নিপা অমগ মুপী অমগ মুংশিনবদগি মখোয়গি

মরীমতা পুম্নমকস্থ মুংশিননব লীচৎ ব্যবহার চৎনব চুম্বনি। মুংশিব নিপান লৈব লম, লম্বী, লৈকাই, মাগি মরুপ মপাংফাওব মুংশিব জাৎনি ঐদি।

কেথবী—অদুক মুংশিব নিপাদুবু ইচেন হুজিক করিগি শাওরিবা ?

থম্বাল—মুংশিমন্দুন শাওরিবনিনে। মাগ মুংশিনব মী পুম্নমকপু ঐ মুংশিব ঙম্মী, থালি মাত্র, অমথক্তং নত্তনা।

কেথবী—অদুদি কনা ?

থম্বাল—ঐগি ইকম মুম্লিংব হৈঙান য়োনবী অম লৈরি, মাগ ঐগ হুজিক মুংশি থৌরী চিংনরিবনি। মদুগুম্ব ফিভমস্থ নত্তব, অস্থক ফরিব তাচৌবু চন্দ্রজিনীন মাগি লম্নাইগি বাক্সি মচাগি মমুংদ মনম অমত চাইথোকহন্দুন পুম্নমক লৈনরম্ব মরী ককথৎলগ থমগনি হায়বসিদি মীগি লীচৎ নত্তে।

কেথবী—মদুনদি থবক খুদিংদ মাগ লৌতানব তারিব, মহাক্ল থবক শূনিংদদুন মতাৎ তৌশিন্নব, মকোক চিকশিন্নব মবুক য়েকশিন্নব খুদিংদ ঐন লরুব তারিবা, ঐস্থ ঙমশিন্নদব তারিব। করিনো মান হৈব মতাৎসিদি অঙকপনি অঙকপা।

চন্দ্রজিনী- করিনো কনাবুনো ইবেম্মা নংন হায়রিবদুবো ? য়ুমগি করি পাউ চেম্থোকইবনো ? ( সেতারন খংন "তিং" কাপই )

কেথবী—ম্নারীনি ইনম্মা ৱারী, ময়ুম পাল্লগ থরক নোম্নিংদব, মপু-ম্নোইবগি হান্ন লৈরম্ব মমা মচা মরী মতা মুংশিরুরমু ইন্সিনবা হৈবি মীগি ৱারীনি।

চন্দ্র— কনাবুনো ঐঙোন্দ প্রমান তৌরিব্রাও ?

থম্বাল— ইনম্বু অদুম তৌব্রাও ? অতোম্প অতৈগি ৱারীনিদ।

চন্দ্র— অতোপ্পগি নত্তে, নখোয়নীন লক্করিবদু ঐবুনি, ঐহাক নখোয়নীন শাখিব ঝারীদু ইনান তাহৌরবনি ইবেম্মখোয়।

থম্বাল— অদুদি করিগি হংলিবা ? তাহৌরবদি তাহৌরেদনা।

চন্দ্র— থম্বাল্লৈ নংবু নিঙোলন মপামদ হল্লক্লগ খাবৈ খরা শারব হায়বদুরা নং লাক্তিত্রৈদ ঐখোয় কনামত থৎনদে।

থম্বাল্লৈ— ইনম্মন ফরবদি, অকায়ব থবক তৌত্রবদি কনামত থৎনরোই ঐ নত্তে কাঁয়রিবসি ; ইনম্মন ইচিন ইকপরা ইমা ইচাশিং মরক্ত লৈনরম্ব মরীদু নেথৎপিত্রবদি... করিমত কায়নিংঙাই লৈতে।

চন্দ্র— ঐন নখোয়গি হায় লৈনরম্ব করি মরী থদৎলবগে ? থৎননব ওইদব রাদু শন্দোক্কনো নিঙোল য়ুমগায়বী ওইবিরোই হায়রবদি। ঙাইখো, কেথবী নংম্থু তুমিন্ন লৈখোকসনমু, ইমুংগি থবক ইঙখাং· নোম্বদ ঐবু করিমত য়াওত্রাও ? নথন্দন লোইন নোম্ত্রাও ?

কেথবী— ইনম্মবু স্থকয়াও য়াওদেদি ঐ হায়দে, ঐন অরাবমখৈ নোম্মগ ইনম্মন কুম্মৈ য়েংব, থবক তাকপ য়াওই। মদুদি লায়বু লায়রি, ইনম্ম লাকঙৈগি ঐখোয়গি তাচৌসি মতা অমা তৌই, মমা মপা, মচীন মনাও মুংশিরম্বগি ঈচেলদু থকখিব কংখিবগুম্ব অমা উই, ঐন লাল্লম্বস্থ য়াই, ইনম্মবু মুংশি ঈচেল থ্রক থ্রক কংন চুপ্প ঙম্ব লৈকংলা মরুভুমি হায়বদুরাও ?। শাওবিমু ঐগিসি ইবুক শেংন হায়জরিবজাৎনি। ঙক্কুন হংইবনি।

চন্দ্র— মদু নংগি তাচৌদ হংউ, ঐন নখোয়বু মুংশিরুরমু হায়ছন ইন্সিনব নত্তে। ঐহাক লৈকংলাগুম থ্রক থ্রক কংন ইথৌলাংবী নত্তে, মুপী অমনি মপুরোইবন চানবিব, ঐগি সেবান, ইরাইবক্ত ওইব য়াই, নংগি তাচৌগ

লাইবক তিন্নদুন ওইব য়াই, নত্রগ মনাও মচন ওইরিব ইবুংঙো ইবেম্মখোয়ন কল্লক য়েংথীব ওইবস্ত য়াই।

থম্বাল— ঐস্ত নিঙোল মুমগায়বী নত্তে লাইবক ফবী ইনম্মা, থম্বাগী ঐবু খোইমু কেরানীন লুন তৌবসি হায়দুন কান্নদে লৈকাইদ ফিদম্মরিবনি। খাজত্রগ লৈকাইদুদ চৎতুন হংবিরু।

চন্দ্র— অদুগ করিগি হল্লকইবা 'নিঙোল চাকৌব মুমিৎস্ত নত্তা তর্পোনগি হৈরা থিল্লকপস্ত নত্তা?

থম্বাল— ঐন ইপামদ হল্লকইবসি নিপাদুন পাম্বিদদুন হল্লকপগা নত্তে, অহল লমনগি মমাই ঙাকপদগি খৎনদব য়াদদুন খৎনরগ হল্লকপনি।

কেথবী—ইতৈ খোইমুদি কৌব লাক্লম্মি, ইচেন য়াবিদবনি।

চন্দ্র— ঙাইখো. অহল লমনগি মমাই ঙাকপদ খৎনব হায়বদি?

থম্বাল— ঐখোয়গি ননাও কেরানী বাবুদুন ঐগি ফি-রোল, লিক কোল অকে অমৌ পোৎ পঙলৈদ লৈরকপ, শেল থিত্তং হেক পায়বগ মমা অবোক্তুগি তেরাফি মতুপ অমত্তং নিংথমথাদ য়াহৌ ফি হাকথং ওইজনব লৈবিরকউ হায়রবদি কাউরম্মে হেক্ত হায়ব, মচন মুপী চিত্রাগি মোজাফুরিৎ অমত্তং য়াওবিরকপদি কৈদোই হায়রগ হয়েংমুক্তি খাদ তলব কংলগ লৈবিনি হেক্ত হায়ব। মতুদদি ঐ ইকায়রে, নত্তে, ইপাগি মচানিন হায়জরিব। শাওনিংবগ ইকায়বগ য়াম্নদুন ঐন ঐগি শামতুগি জরসীদু ইচন্দ পীথোক্লে, শামতুগি ইন্নফি মতুপ্তুন আবোক্ত খোক পীখোকপ মতুগি খৎনদুন লাকইবনে ইনম্মা।

কেথবী—ইচেন চৎলিব নিন্তীদু হৌনব খঙবী, পুকচেল চাউবী মৈতৈ চন্নু অমন তৌগদবন্নক্লি।

চন্দ্র— হোয় ইবেম্মখোয়, মাগি মাগি অপাম্ব ফিদম, নীতি, লীচৎ হায়বদুনি। চন্দ্রজিনী ঐগিদি নীতি অমনি। নিপাদু মনাকোং ব্রাই চিলহন্নিংদে; মাগি মরীমতা, মরূপ মপাং, বাড়ী সম্বন্ধি কনামত লৈহন্নিংদে, মঙ্গোন্দৈ মী অতৈন মতাৎ মরো তৌদুন শেল চুপথোকপ মবুক্লিং চোইথোকহনব, মপোৎ ময়েং তাহনব করিমত পামদে।

(সেতারন অমুক্তং "তিং")

কেথবী—ইনম্মদি তোঙান্ন চানিংব জাৎনি খঙঙেদনা!

চন্দ্র— ইবুক্ত লৈব অশেংবদ হায়রবদি, মীঙোন্দ পীজব কান্নদে ইবেম্মা, ঐ তশেংন ইতৈ ইনাওদ তোঙান্ন চানিংব জাংনি, ঐ থবক পুম্ব নোম্ব তাগনি হায়বগি তন্দুন তৌবদনি।

থম্বাল— ইনম্মদি পুকচেল পীকথ্রব উচেক ব্রায়া তীলকাংগি নীতি হৈনবজাৎ ওইরে। ইবুক্ত লৈজব অশেংবদ হায়ব তারবদি অঙাংশিংন নাওরীন উচেক্ত কাপ্পগুম ননঙ্গন অপাকপদুদ লৈতুম্ন ডুপ ডুপ থাদুন শাননিংই।

চন্দ্র— তোঙান্ন চাবদৈ হেন্দোক্লডুন য়ুমদ নিপা শেল থোক-পসি পুথ্রগ হেক লৈরুবা, শিঙ মতেক অমা, চেং খুয়া অমা ফাওব পূনিংঙাই লৈহন্দুব ফব জাৎনি, থবক শূনিংদব শিংদুজ্জান থর তারক্রুব। অদুম তৌরবদি অমসু অমসু ক্লেথোকপ হেক য়ারোই, ভাব তারক্কনি।

কেথবী—ইনম্ম নং নশক্তি ফন ফজে হায়ববু নবুকচেলদি য়োংদ্রৈ হেন্ন থী হায়। শাওদি শাওসু ওম্থোক্ল ফুনিংথ্রে হায়। তাচৌদ ইন্সিন্দুন ফুহন্সি হায়রবসু চহিদি নংন হনবনিন ফুঁব কিনি, লুথ্রেদ্রা সত্য!

("তিং তিং" সেতারন)

তোম্বু - ইচে, ইচে! মুমিৎ স্নুক থেংলবফাওব চা লোনগেদি হায়দন করি ৱারী শারিবনো? ইমা হেক লৈতবদ থবক শূগেদি হায়দন য়ৌ য়ৌ মুরুম মুরুম তৌরিবদুবু তাচৌদ তাকউ হায়ব্রাও?

চন্দ্র— তোম্বু, নচে অনীন ঐঙোন্দ খৎনসি হায়দুন হৌরিবনি ইবুংঙো।

তোম্বু— করিগি খংনদৌরিবা? থবক লৈথোক্লবগি খৎনরীব্রা? খৎনদৌ শরুক ৱারেম ঙাংদুন লৈবিয়ো, ঐ থবক পুম্নমক নোমজগে, চাকথোং, ফৌশু, কোম্নিক ৱাইরম খোগোৎপ তত্তোম্ব ঐ তৌজগে চান থক্লব পোৎচৈদদি নখোয় ৱাৎহনবিনো।

য়াইম— (ওফ দি মাইক) তোম্বু, তোম্বু! কদায়দ চংখ্রে? হায় মুপীমচা কেথবী! করি তৌদৌরিবনো ময়াম সিদ পুম্ন মীটিং তৌরম্মিবসিবো? ইমাগ বাজিগ লৈতবগি কোনডোলেনস মীটিং লা? ঐখোয়বু থাকপ ৱারে হায়দুন চেনখিব শোইদ্রবাও?

তোম্বু— তায়াইম, ইচেখোয় ইতৈমখোয় য়াম্ন থীন খৎনরে, ৱা অম খন্নসি ইচিন্নাও, শেল থোক্লব মশেলনিন।

য়াইম - করিনো, অওইব্রা ফাগীরা হায়নরিবসিবো?

থম্বাল—ফাগী নত্তে, ইনম্মনা নখোয় ঐখোয়বু করিমত পীজনীংদে, করিমত লৈবিনিংদে হায়রি মবুক্লিংগি অশেংব ৱানি।

য়াইম— থবক শূনিংদে হায়দুন ঐখোয়বু শাওরিবজাৎলা?

চন্দ্রজি—নচে ইবুংঙো খায় নিঙোল য়ুমগায়বি শাদুন খন্ন খৎনসি হায়দুন হৌরি, ঐন তন্দুন য়াগ্রিবা।

তোম্বু— মুপীমখৈ খংনদুন মুংঙাইন লৈহল্লসি ইচিন্নাও থবক ইঙথাং পুম্বমক শূদোগ্রসিরা? শিঙ হায়র খায়ব লোই-

ব্রিনি, চা লোল্লুরসি অদুগ ফো শূরগ চাক থোংউনবা।

য়াইম— ইমানীন থবক ময়ামসি লোইন তৌরগ খৎনরোইবু হায়রবদি বেরা লৈতে, মরম ওক্লিনে। অদু ওইরবদি খৎনররোইদ্রাও ইতৈমা ?

চন্দ্র— ঐন হৌব নত্তে নচনগ নচেগদ হায়য়ু ঐদি বেরা লৈতে। অয়ুক ঙস্তা হৌগৎলগ মচিন মনাও ঐগ খৎননব ব্রারী শানরম্মে, চারা লিংলম্মে য়ুমগায় পাম্বী।

য়াইম— ইচেন ননম্মগ চিক্লগে তৌবদ মুপীমচা কেথবী নংদি করিগি ইচেগি মীচং চংউরি ? নশা য়োক্তুন থম্মু ইচনসিদি ইবুংন তলব হেক চাবগ নংগি লাম্বা চাব অম শোইদন পীনি। খৎননিংববু থাংবা ব্রাব্রাও ? ঐন হেন্ন ব্রাহন্নিংদ্রবনে।

যাত্রা— হৈমা! ঐন ইমুংসি কনামত লৈত্রমানে কদায়দ চৎখ্রে হায়দুন থিরুরি, নখোয়দি অয়ুক ঙস্তাদ খুন্দিন্নরি-বোইরে ? ("তিং তিং") (শাওরপ) করি ব্রাথোক্লী-নো ? শাগিরা লানগিরা ? কৈদৌন কায়রি ? ঙাইখো চৎখিনু ব্রা শেংন তম্মু। দারোগান তানখায়ব নত্তে।

চন্দ্র— ঐবু থবক শূনিংদে, মী পীজনিঙদে, মচন মচাগি মনাও-গি (কেনা ঙাংব) পোৎ চৈ ফিরোল লৈবিহন্নিংদে হায়-দুন খুন তিন্নরম্মিবা। মৌ ইথন্দনি থবক ইংথাং নোমজ-রুগে, ইমুংসিদ হান্ন লৈবিরম্ব ময়াম মান মান পাম্ব পোৎচৈ লৈনব, মনীং থুংদব থুংনব তান্নবিরম্মু।

যাত্রা— চানন শাওম্মু চন্দ্রজিনী, সীতাগুম্ন অখাংকল্লু নবুক তপ্পু। নহাক তাইবংজাম্বগি ইমুংদ চাউব অঙাংশিংসিগি পুক-চেল্ল মুন্ন খঙদদুন শাওররিনি। (হায়য়ু তাগে কনা কনানো অযোধ্যাগি প্রজাশা, ফরি কান্নদগি সতী সী-

তাগি মরাল পীবগে ? পাবুং দশরথ নিংথৌ তাইবং-জাম্বন খোংজোমদ লেংখ্রিবৈ, ইমা কৌশল্যান পাবুংবু তৎখ্রব তেলঙ্গাগুম খোঙ্গুল লীতুন তাম্নখ্রিবৈদ নহান খুল্লিংবগুম আযোধ্যা লৈবাকসিন অস্থক লাংব করিগি-নো ? (লীলা মান্ন ঙাংব)

কেথবী—অযোধ্যাগি মবুংঙো, জানবীনাথ, হে রাম !. করিবু হায়ন তমসিগে নখোঙ থম্বালদ ! আযোধ্যাবাসী অপুম্বন হরাউ-নরে প্রজানিংব রাঘব, রামচন্দ্রন নিংথৌ ওইরে তানবদ। অদুবু ইমাশকপী জানকী সীতা শাবী ইনম্ম চন্দ্রজিনীদি মচা মনাও ননাই প্রজা ঐখোয়বু করিমত পীজনিংদে, করিমত থোনবীনিংদে তাকপিরি। মসিবু করি ধর্ম্মনো হে রাম ? ইনম্মসিবু লঙকাদ, সেন্দ্রাদ মতম খর লৈ-রুবদগি হিংচাবী চংব হায়বদু ওইরগদ্রনে আযোধ্যাগি মবুংঙো ?

যাত্রা— মদুন অশেংব ওইরবদি অরাবনি, তরাবনি ! রাম রাজ্যদ প্রজাশিংবু মবুক নাহনব য়াদে, কয়ম্নো হে সীতে, চন্দ্র-জিনী ; রাম ঐবু করি ওইরসিগে শেল চিল্লব মতমসিদ !

থম্বাল— তোম্নু, কেথবী (পুন্ন) আযোধ্যাবাসী প্রজা পুম্বগি অপুনব খোল্লাও তাবিয়ু প্রজারাজ পাম্বিব তাচৌ ইবুংঙো। জানকী সীতাগি মবুক্লিংদ চংলিব হিংচাবীসি আযোধ্যাদগি তাম্থোয়গ লঙকাদ থাবিখো নত্রগা বা-লিমকীগি বন্দা। 'মদুদত প্রজা ঐখোয়ন পৈনগনি রাজারাম।

যাত্রা— করে, আযোধ্যাগি প্রজা নবুক কত্রব শা ! ইশাগি য়েংলরোই রাম ঐ, হয়েং কলিযুগত রামরাজ্যগি ফিদম ওইহোনব ঙসি ঐ মরাল লৈজদবী ঐগী সীতাদ অঙকপ

দণ্ডি পীয়গে। তাবিহৌ মুমিৎ থা, মাইকৈ ঙাকপ লাই নখোয়সু। রা হায়গে তাও, ইনাও য়াইমা লক্ষমন নং রাম ঐন পীব থৌদাদ মাই হায়গনু। (কপ্নি কপ্লিব)

য়াইমা— তাকপিসি রঘুপতি, ননাও লক্ষমন ফিগাও শান য়াজরি স্নায়াথং।

যাত্রা— চৎলু ইনাও ইযুংঙো লক্ষমন নতৈমা সীতা পুদুন ইসটেট বেংক তাম্ন চৎলগ লুপা ৩০০ দং ইয়াম্বন রান তুংখৎচব লৈবনি (কপ্লব খোন্দ), মচু লোথোক্লগ দোকান্দগি ফিরোল লৈবিরু অঙাংশিংগি লাকইব নিংথম থাশি লেনব য়ানব। নতৈমগ তানৌ মাগি লৈবিয়ু হায়ব নত্তে। (ময়ামচু খুবাক খুই)

চন্দ্রজি—ঐগিসু খুৎ মোজা অমত্তংদি য়াওহৌবা তায়।

কেথবী—ঐগিদি শান মচা অমগ থোঙঙ্ পকা, ইশা চৎতুন থল্লুনি।

তোম্বু— নং চাক থোংহৌ ঐ লৈবিরক্কে ইচে। ইচে থম্বাল নংগিদি করি য়াওরকউগে?

থম্বাল—ঐগিদি, ইবু ইকাইদা, য়াওরক্কব ফজদে হায়রগ শামতুগি স্নুইটর অচোনব অমত্তং।

যাত্রা— লৈনি, লোইনমক লৈবিনি। থবক তৌনরুরো চা থকসে, ফৌ শুরু, চাক থোংউ, য়েঙ্গাং নাপী থারুচো য়ুম পানসে। (মুংঙাই-শৈখোন)

ভাইবংজাম্বগি ইমুং

( পরেং—৬ )

তাং ৬। ১০। ৬৮ ইং

থৈদেন মনাক্ত, বশ মখোল তায়

কন্দক্তর--খোংজোমদ চৎকদবমথৈ কাখৎপিরো, গাড়ী থাদোরে, খো জোমগি বশ !

ভুনান—( ওফ দি মাইক ) লাকও ইবেম্মা, কেথবী মা, গাড়ী শোমদ লৈরে। খোংজোমদু অমুক্ত ঙাইবিখো, মী অনীথক্ত তোংজখিগে।

চাউবী— খিৎতং চেনবদ মুংশামপি হোল্লিবশিনি তাদ, ঐগি হকচাংশি লাইমন্ন য়াম্মনথ্রদুন, কাখৎপিরো তাদ।

ভুনান— অদুক নহা ওইরিবনা করিগি লাইমন্নো ? ইতাওখোয় ঐখোয়ন য়াওশং ৫। ৬ তা হনব ওইরিনি। ইচন হান্ন কাখৎলো, ফম্ফম মুংঙাইব খনবিয়ো।

( ছরীক নত্রগ হুইশল খোংবদ বশ চৎপ মখোল তায়, হোরনস্থ খোংখি। )

ভুনান— তাইবং মীন হকচাংদ পকপ লাইনাশি পুন্নিংগি লাই-নান অয়াম্বনি কেথবী মা।

চাউবী— তাদ, ঐখোয়গি মপান, হন্দক খোংজোমদ ৫।৬ নীদং চৎখিবসিদ লাইমন হায়বদু ওইরমানে তাদ, চাক চংদে ইহৈ হৈনীংদে, খঙহোদন কোক হেক্ত ঙাওই; নীং-দোনসি তিং তিং হেক্ত চোংই, কান্ন খিৎতং য়ান্ন খোংবদস্থ।

তুনান— মানি, পুক্নিঙগি লাইনান লাইমন কাংহনবনি। তুনান, ঐ নহা ওইরিবৈদ হকচাংসি ফন। লিংনং! হৌবনি। ইবেম্মস্থ নিংশিংইনি, অদুগুম ইতাওগ ঐগনী লিকোলগি চাক চানবদ চাখিব চাক্লু। মুংঙাইগ্রবনিদ মতমদো। হুজিক্তি ইবেম্মা, ইচা ইশু ময়াম্মগি অরাংপ মেম্নব লাক্ল-বদ রাখলগি লাইমন্ন চাক পুক থম্নব চাব ঙমদ্রবনে।

চাউবী— অতৈদ খর নৌরবস্থ তাদগিদি চাক ইনম্মন খর কল্লপ হাপ্লিনিংবা।

তুনান— কুমসিদি ঐঙোন্দ চাক থোইনব ফৌ হাপহৌদ্রহুন ননম্মন ঐবু মহোশাগুম্ন লুন তৌবিদ্রে। বেরা লৈতে হায়দুন ঐস্থ মঙোন্দ শাওদে, হোটেলদ লোম্ন লোম্ন, অঙাংশিং উদ্রিবৈদ খর খর চংই।

চাউবী— হায়দোক্লগ ফজদ্রবনি তাদ, ইচা মঙাদ ঙাম্নৌ হাপ্ল কোম্নদে হায়জিন্নরগ অতাংব মতমসিদ মখোয় মপাগিদি শোইদনব ময়াম্মু উহন্দুন ঙারৌ লীদ্রুন থম্মিবনি।

তুনান— মদুনি:মুপীমচা হায়বদুদি ইবেম্মা অমদুন চাগ্রগ পেনবনে।

চাউবী— অ.ক লুন থমজবদু ঙসি ৪। ৫ নীশিদি তাদ, ইবুক ওয়ে ঐ। মীগি মখুৎ চনখিদৌশরুক্তি তাইবংজাম্বশি শিজখিবনবু ফগদ্রা থল্লবনে মওন মওন। ঐন মহাক্তোন ঙাওরবদি।

তুনান — কনায়দগিমো তৌহৈদে, বলহৈদে ইবেম্মা। নহাওইরি-বৈংগি পুকচেল, ঐগিদগিনি হায়ব নাপলদুম্লথম্মো চহি ৪০ লাল্লবদি। মচা ময়ামগি মমাই য়েংদুন মুংঙাইডব কয়া শাওনিংব কয়া মপান থোকহনব য়াদে। নশকুগ মানন মকুক ইংঙ ইচন।

চাউবী— তাদ ওইবশি কমা মতে হায়দুন ইবুঙ্গ লৈবদুদ কায়বনি মুপী অতাং কাউব ঙব লিগালিবু শাগুনিংঙইদ্রনে ঐবো তাদ?

তুনান— ইচম্ম হায়ব চুম্মি, মশক উৎলত্রিবদু কাউব মাল্লি, শাওনিংব ফাৎনি নহানদি। অদুমদি ওইরবদ ইতাওদু বুঙ্কি লৈত্তব কাউগনব মী নত্তে। তাঞ্জা চাদদুন ফৌ পুখৎপ য়ানব পল্লমগনি, মবুক্তদি, মচাদি থম্বু থমখো, কেথবী-মা নহাকপু কাউরম্বগি থবক লৈতে, পিল্লিঙৈদৈ তিম্নরকপ ইতাওনি ঐ মাবু মুম্ন খঙডি। মান ইচনবু মুংশিগ্ররপোৎনি, খোংজোমগি জমভুবতী শওম নিঙোলদুন থাজমানবী ইচনবু খঞ্জিন্দুন উহন্দব, গ্রহন তৌব মতিক নত্তে।

চাউবী— করিনো তাদ নচম্ম মাবু মুংশিবসি, অদুঙৈগি লৈকাইগি ইচেম ইনেমশিংন পাউরৌ ওইন হায়নগ্রবনে "চাউবীন চাউব মুংশিবগুম্মি" নত্তে, ইপা ইমান ফর ফরব পাখংদ থাজগে হায়বদ্ ঐন ইনাদ হাপ্পিপোৎ নত্তে। হুজিক মান ঐবু উশিৎত্রবদি ঐন মাবু মুংশিজখিবদুমুক শাওনিংবন শিহম্নিংবনে।

তুনান— অঙকপনি তাইবং পুক্লিঙ হায়বসি মুংশিগ্রব অঙাংদুন লম থিত্তুং হেনবদ হাৎনিংবনা হায়নরিবনি। ঙাইখো, নমৌদুবু ইবেম্ম থর ফত্রা? মচনশিং মনাওশিংগ তিম্নব য়াত্রা?

চাউবী— মচীন্দি ফন ফরি তাধন ঐঙোন্দদি, মখুৎতি লাম্থোকপ তপ্পি। মচনশিং মনাওশিংগস্থ অদুম হরাও হরাও তিম্ন তোৎনৈ, মাগি হায়ববু থবকতি থর তল্লি, লাইরিক হৈবী শিংগি হৌনবির করিনো।

তুনান— থবক্ত থর তঞ্জরবস্থ লাইরিক হৈবীনিন পংচোপ চোপওই, মপুরোইবন থোকপ শেলনি হায়দুন মনাওশিং মচনশিংগি পোৎ চৈ মফি মরোল লৈবদ পাম্মুরোইদ্রা।

চাউবী — খঙদ্রি তাদ, খর লিরগ খঙনি। পোক্নপদগি লোইন-রকপ মবুকচেলদুন কয়া পাংত্রবদি ভম্মুব লাইরিক্ন কয়া পালহনব ঙমদে মীসে। মান বরিগুম্ব মংম্নাইদ য়েংলক্কুন তোঙান্ন চানব, নিপাম্মচা অহনগি শেল অথোকপমখৈ মহাক্ন পায়রগ শিজিন্নব লৌশিং তৌ-রক্লবদি তাদ লুদৌরিপোৎনি।

তুনান— করিনো নচা ইবুংঙো যাত্রাশিংদু মমা মপা নীংদব অঙাং নত্তে, মুপী মান পংলাক লাকচব কদায়দৈ য়াগবনোদা!

চাউবী— মপা ওঝা তাইবংজাম্বন ফন নিংথিন লাইরিক লাইশু, ধর্ম্মনীতি তম্বিখিবনি তাদ। অদুবু হন্দক মান লৌব চন্দ্রমুখী হায়বী ইমৌশিন মশক মতৌ ফজবনরা, লাইরা মন্ত্র হৈবনরা খঙদে ঐখোয়গি নিপা যাত্রাশি খর তুফক তুফাই চল্লি, মুপীগি মীৎলৈ নারৈ য়েংলগ থবক তৌই! ঐ মুংশা থী তাদ, মীঙোন্দদি হায়দোকপিনুকো।

তুনান— করি রানো, অদুবু মীঙোন্দ কৈদৌন রারী শারুদগে। লাইরা মন্ত্রন নত্তে ইবেম্মা, নমৌহ্ন মশক ফজমল্লি, নজা ইবুংঙো অহন মকোক খর চাউনি মুপীগি রাবু তাগদ্রা, মমা মপাগি য়াথংবু ঙাক্কুন রাম লক্ষ্মনবু শা-গদ্রা! মমা মপা অপঙবশিংন মচাগি মুপী হায়বদ মশক্কমক য়েংনৈ, মৌদুন মশক য়াম্ন ফজরগ মচা নিপাগি মমীৎ শোক্কনি মমা মপা মখোয়বু মুন্ন উরক-ওই হায়বদি থক খন্নদে।

চাউবী— অশেংবনি তাদ মদু, ঐখোয়গি হাক্কক্কদি শক ফজরবসু অহল লমম্ন য়ানব ইবুকচেলশি নুরা নম্বোকনৈ, হুজিক্তি নিপান খিৎতং য়াবদ মুপীদু মমাই লোংখৎখিবন মনেম

মকুন মকোক খুম্নরে হায়নৈ।
( তুনাম্ন ..ফাক ফাক নোকই......মুংশি ইশৈ তায় )
তাইবংজাম্ব ( শম্পোৎ খোয়রি হন্নাই হুন্নব, জম্ভূবতীন য়েংই মতৌ ) অর, তি তি নহায়। করম করম্ব শম্নো পংইন্দ ইন্নব সিবো তিতি, তিতি নহায়— ! ( শাজৈন শেৎ শেৎ কল্লি ) নখোয় ঐবু মীনৌনি' হায়ত্নুন উশিৎ-তব্রাও ? তাইবংজাম্ব থঙব্রাও ?

জম্ভূবতী—করিনো, তৌবিরিবত্নবো......হা হা হা হা......শনশিংত্নু ইঙাও ঙাওরে।

তাইবং—শন্দবু করি পীথক্কুনা ঙাওরিবা ? জম্ভূবতী ?

জম্ভূ— হৈস্নু হৈতন করিগি শম্পোৎ খোইবিগে হায়রিবনো ? ঐদি ফম্ম চার পোথার লৈবিয়্ন হায়দ্রাও ? য়েৎথংব শন্দুন অরনে, ওইন তিতি। শেরান তুরাম্ন কৌবত্নুদ শন অনীত্নু ইস্ফালগি ইস্তি তেক্কনব খোঙচৎ চৎলে লাংকপ লাংকপ, থকপদ ঙাওব নত্তে, মখোয় পাবুংনে ঙাওহনবনে।

তাইবং—য়েৎথংব অরাংবীশিন অর ওইরে, এন মঙ্গোন্দ তিতি হাযবত্নুদ মাদি রারৌরিব জাৎ ওইরে। অরনে, অর আ আ অত্নুম্ন চৎনুদন লীকলমত্নু ফজন, হন্নাই হুনব য়ানব ওল রাইট অত্নুনি।

জম্ভূ— ওক্লে তোকপিরো, চা ফানবিররো, হুমাংত্নু অমুক্ত তৈ-থোকচখিগে। ( কেথত্নুন ঙাংই )

তাইবং—তিতি, তিতিনে। লম হেনগম্নু নহায় চৈ চানীংদ্রবদে, যজন চৎনুদনা অত্নুম্ন, ছুটি থাবিরনি ঙহাক লৈরগ। দানা চাব, শজিক চাব, তলব চাব নখোয় ঐখোয়দি ইথৌ ফজন তৌরগ চাব, তুম্ব, হিংব মুংঙাইবনে। অর

নে, অর নহায় কদোমদনো !

জম্বূ— ( কেনা ) তাবিরিব্রাও ? চা ইংখিদোরে ? ফাল্লরো।

তাইবং—হাও ! ঐবুরাও ? থবক শূরিঙৈদ ৱারীশাব হৌবি-রকইব, ছুটি লৈথোকশি হায়রিবত্ন কনানো ? অরনে অর...রো রো রো... ! ইয়া !

জম্বূ— শন মখোঙ শোক্লরনি তোকপিরো, অত্নম থাদোক-পিখ্রো নিপাম্মচান মরাইন লোইশিঞ্জরনি, লাঙ্গোলদুদ শৎতোকপিহৌরো ।

তাইবং—নিপাম্মচান চাক থোংই হায়বত্ন লোইররিদ্রাও ?

জম্বূ— চাকস্থ লোইরে, চাশি অমুক্ত ফানখো। হুমাংদু অমুক্ত তৈখোকচগে নঙ্গন্দু লৈথোকপিরকউ। খর ৱাবিব্রা কমদৌবগে ?

তাইবং—হৈশ ! চাশি শারিপোৎনিনা ( মচীন চুপই ) ! নংন সেবা ফমন্দুন ঐ জ্ঞানবু ইতা তাদ্রে। থবক শূবসিদি চাক লাম্মিহায়। নখোয়শিদদি চাক হোংবনিন পংচাদ চাব য়াই, খঙদ্রে য়ুমদ কমদৌরমগদবনো ( চা থকই )

জম্বূ— নিপাম্মচা অহন তলব ৩০০ চাব অম লৈরিবত্নদি ?

তাইবং-ইমৌ মুপীদুগি পুকচেল মুন্ন খঙদব, চাক চাব মীন মখোয় ৭ নি ঐ থাদনা। ইম্ফালদদি লৈবৈ লৈব ঙাক্ত !

জম্বু— ইম্ফালদ মরক মরক্ত কারক্লব য়ুম মচা অম শাবগি ৱাফমত্ন চাউবী ওতোম্বীগ তান্নবিখিদ্রাও ?

তাইবং—তান্নদ্রবস্থ য়াই, ঐ নিপানি, ই-ৱা পুরগ হেক্ত শারুব য়ানি। ঙাইখো, নংনস্থ চাউবীবু অতোম্বী কৌরি, মানস্থ নংবু অতোম্বী কৌহৌই। নখোয়নীবু কনান অহনবী ওইব তারি ?

জম্বু— ঐন হায় লৈবনিন লাইরম লেন্দদি ঐন অহন্নিদনা।

তাইবং—চৎনরোলদ মান য়ুমদ চংব, লুহোংড্রুন লোব হায়বদু থোকইবনিন কমদোবা ?

জম্বূ— য়ুমগি মীচং চংবিরিব্রাও?

তাইবং—মীচংগি রা নত্তে, করম্বন চুম্বগে খন্নরিবনি। অহনবী ওইবন কান্নরিবনি থোদা থাব য়াই, মরা চৎপ তায়। অতোনবীন কান্নবন ফদিগোম মথক্ত ফনেক ফৌরম্ন-বস্থ নিপাড্রুন কনখৎলি "মুংশা খনবনি, ফদিগোম মকা ফনবনি" হায়ড্রুন। লৈকাইন অহনবী কৌবিরগ, থৌ-দাস্থ খর থাব ফংবন ফত্রা ? নত্রগ অতোনবী ওইড্রুন ঐন চানব, নংগি নরালমখৈ ঐন ঙাকথৎপন পাস্ত্রা ?

জম্বূ— চানবু চানবীনি হায়রবদি ঐহাক পক্লবস্থ পক্ত্রবস্থ অতোম্বী ওইজরগে।

তাইবং—মদুনিদন করিস্থ খৎননিংঙাই লৈতে।

জম্বূ— অদুদ ঐন তনব অম লৈরিনে। হয়েং ঐন হোঙ্গৎতুন লৈরব কান্দ ঐবু মঙ্গোন্দ খুরুম্মু হায়রক্লবদি কমদোবা ? মদুদুম তল্লিদা।

তাইবং—অপঙবীসিদি, করিস্থ লৈতব রানি। ময়াম্না হয়েং অতোনবী নং অহনবীদ খুরুম্মু হায়রবদি, চাউবী মনাক্ত খর চংশিল্লগ "ঐ খুরুমজরি হেক হায়য়ু নচীন্ন, নঙক্তুদি নোল্লুথিনু, মান ওকপদ মকোক নোল্লকনি, মদুগি মতুং ইন্ন নঙক্ত হেক নোল্লু। বশ লোইরে, তাইবংজাম্বগি অচানবি অতোম্বী !

খোইনীং- (ওফ দি মাইক) ওঃ ইমা! চাক লোইরে, বাজিদু ইরুমাইথজনবা খর হায়বিয়ো। (তপ্পপ) হন্দক মরক

ঐখোয় ইমাসি থবক অদুক ফবদুন রারীদ থবাই তায়দ ঙহাক্ত খুম্বফাও তল্লমানে। ওঃ— ইমা (কন্ন)

জম্বূ— তারে তারে। অঙাংশিংগ নং হায় চাথোক্লম্মো, ঐখোয় কোম্ন চাগে। য়াওশং নংনব শাব তারেনে য়ুমথুংশং ওইনা? চেক নুংন বাঙ্গলা মচা ওইন হৌবন ফগদ্রা?

তাইবং—করি কাম্নগবনো পোৎ তাংবসিদ, চানন হোঙ্গৎলগে হায়ব কান্দ শাগদবনি মদুদি, সম্পত্তি অসুক য়াম্ব নংগিশি থাদোকপ ঙম্মোই নং।

জম্বূ— চহি অমদ ঐন ইম্ফালদ কারক্কদবশি ৫। ৬ লক্তনি। অদুগ ঐন কারকপ কান্দদি থর লুন তৌবিগদ্রাও?

তাইবং—করি রানো মদুবু করি হংননিঙাই লৈবগে। ঙাইখো ঐন খঙনিঙব রা অম লৈরে। ইমানী উম্নখিদব চহি ফন য়াম্মে অদুবু নংন নরল অসুক লৈন লৈন মপা-শানব অমত্ত থিরমদ্রিবশি করি ধর্ম্মনো সতী?

জম্বূ— হনুবী ঐবু কনান পাম্বিদগে? ইশক ফজবসু নত্তা? মপা অশেংবনফাত্তব কাউবিগ্রবদ মতম অসুক কুইনা।

তাইবং—ঐদি নঙ্গোন্দ চানস পীবনে, হায়বদি ননীঙ তমজরসনু থাদোকপনি, ঐন নংবু মুংশিবন শঙ্গোন্দগি থাদোকপ।

জম্বূ— অদুদ ননাওন ইমঙ অনী শুজনিঙদব, ইচা য়োক্তুন লৈজবা।

তাইবং—থেংক ইউ সতী, থেংক ইউ তাইবংজাম্বগি জম্বূবতী। নরল নথুম অমত্ত কায়হন্দন দিবা নিশিদ রাম রাম ঐবু শোন্দুন চহি কয়া খুদাং পিফম কোক্তন নরু লুক্ত থাংলকপী, সতী সীতা নংগি পরীক্ষা লোইরে ঙসি, পাশ ওইরবনি নহাক ফাস ক্লাস তা।

( তিং তিং শেতারন )

খোইনীং—য়েংওই ইমা! ইম্ফালদগি মী অনীখক বাজিবু থিব লাকহৌয়ে।

তাইবং—কনা কনানো মশক খঙব য়াওব্রা নিপাম্মচা?

খোইনীং—অমদি ইমা.বাক্লি বাজি, অমত্তুন বাজিদ ইতাও কৌই।

তাইবং—ঐবু মাংথ্রে হায়ত্তুন থিরকপ তারে অত্তুদি।

জম্বুবতী- মী অনীখক্ত, চাক চারকইরোইনে? চন্দোল থিনব্রাও?

খোইনীং- অয়ুক মাল্লি, চাক চারক্লিমানে।

জম্বু— অত্তুদি বামোনবু চাক থোংহনগদ্রাও?

তাই— অঙাং অমবু হেক্ত থোংহনব য়ানি, চৎলু।

তুনান— করিনো ইতাও হিঙ্গোল শূবিরিব্রাও? থবক্তি খর ৱাবিরমানেদো?

তাই— ইতাও চাক চংই হায়ত্তুন শম্পোৎ খোইব তমজরিবা। করিগিনো থাজদন স্তুক লাগ্না?

তুনান— ইতাওখোয় ইচন্ন তাদ ফৌ ৱানগদব লৈরবদি খোং-জোমদৈ ৱাল্লুসি খর হোঙই হায়ন তায়, ঐস্থু মী চিং-খৎকদব লৈজে হায়রে। অত্তুদদি খোঙবু ওইরকইবনে। ইবেম্মা, নিপামচামা ফৌবু খর হোংন ৱানব ফংগদ্রাও?

জম্বু— ফংনি তাদ, ঐস্থু ফৌবোৎ ১০ মুক্তং তাইগে খঞ্জরি।

তুনান— অত্তুদি ফরেদা ঐস্থু য়াম্ন ৱাঞ্জদৌব নত্তে।

তাই— ইতাও. কেথবীমাত্তু খর শাওরকপ্রাও?

তুনান— খর খর মচীংত্তু কাংলকই লম্বীদ. ঐন লাইৱান খর খর কামথত্তুন পুরকইবনি।

(অয়াকপা ষন্ত্র মথোল)

চাউবী—ফৌ খিন্দুন থম্বস্থু নত্ত, শেঁল য়াম্ন থনম্বস্থু নত্ত, অঙাংশিং

৫। ৬ হুক্লেরম্মগ মাঙবিরিবদুবু উচেক ওনবিরব্রা ড়া ওইবিরব্রাও ? সিদদি হিঙ্গোল শূবগা য়াম্ন কনবি-রিবোইরে !

তাইবং—ফো মুম্ফাৎতদুন ঙাইবনি, ঐ মাঙব নত্তে। অঙাংশিংবু থাকপ ঙম্নব হাজিরা য়াওরিবনি, ইবুঙ্গিঙদি কেথবীমা শ্রীকৃষ্ণন বৃন্দাবন্দে থোঙকাপ অমফাওব কাম্হোক্কে হায়বহনি।

চাউবী - নিংথমথা চংলক্কে অঙাংশিংগি মকু অমমমদ ওইরবস্থু লৈবিদব য়াদে, মতমসিন তাংইব পোৎতি থৈদেন কাদব মীদি থঙপোৎ নত্তে। দোকান্দে শোত্তুন চাথিব ময়ামদু লম্বোইদ্রিবনিন কোকপিয়ু য়ারোইদো।

তাই— থোন কনথৎকনু মী তাথিনি।

চাউ— থাজবৈ মথক্ত মঙোন্দ পূথিব শেল, ফো চেং, নুপীমচা থম্বাল্লৈন মতৈগ থঙনৈ হায়দুন চাব পাংব লাকই, মদুগি মথক্ত নমো নুপী শকহেনবী থবক শূনিংদবী মনাওশিং মচনশিংগ তিম্নব য়ারকওইদৌরি। পূম্নমক্কিগি মথক্ত নশক উহন্দদুন ঐবু থোইদো শাওগৎহল্লিবসি মীগি মযুমসিদ থঙনসিরাও ?

তাই— কৈদৌন থঙনরুনি মুংশিনদবস্থু নত্তনা। নং ঐ তাম্নদুন ফো লোক্লব খুজিন থৌরাং নত্রাও ঐন খোঙজোমদ লাকইবসিবো ? নংগি নকোক্ত ৱাই চিল্লিব ৱাশিংদু ঐঙোন্দ্ৰ লোইন শিন্নৌ, ৱাই শংন মোমোন নোক্কুন লৈয়ু। ঐ তৌগে, ঐ নিপানে। "সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ মামেকং শরনং ব্রজ।" ধম্ম পূম্নমক থাদোক্লগ ঐঙোন্দ চংজো হায়ব ভগবান কৃষ্ণগি ৱাদুগুম্ন নংগি খোইদৌম

ৱাই চিনব ৱা পুন্নমক ঐঙোন্দ শিন্নৱগ ঙাম্নু মচাগুম ইশিংদ তাওদুন শাম্নৌ।

জম্বু— ৱারীদি শাবিরি, হয়েং পুংৎপিদৌরিব ফৌসিবু ফো-পোৎ ৮ সন গাড়ী মপোৎ অমন য়াৱনিকো? য়াওশং য়ৌরমদাইদ নিপাম্মচা ইম্ফাল কাদৌরি, মদুদ অমুক থৱ পুখৎপ হায়বত্তুনি।

তাই— থেংক ইউ খোইনীংমা, য়াম্মু য়াম্মনত্রে।

চাউবী— ফোপোৎ ৮ দুদা নিপাম্মচাগি মপান চয়োল অম্ন হিঙ্গোল কোইবগি মীশালস্থু য়াওৱবনিকো?

জম্বু— য়াওৱবনি লোইনা, পাংবু পাংখিদ্রে করম্ব নিপানো!

( নোকমিম্নে )

তুনা— ইতাওস্থু ঙসি ঙুমিদাংৱাই ঐখোয়গ কাৱদৌব নত্রা? স্কুলদগি ছুটিদু ঙুমিৎ ৭ নীদগি লৌবনিন?

তাই— কামিন্নৱনি ইতাও। ফৌদি কয়া ৱানবিৱবা?

তুনান— ইচম্ন ফৌ শংবাই অচৌবদ ওনবিৱে ফোপোৎ ১০ থক শংবাইদ ১৫। ১৫ দা। য়াম্না ঙুংঙাইজৱে, মবুকস্থু ইস্থোক্ল ফত্রে ইবেম্মা খোইনীং মাসিদি।

চাউবী— ফৌ হোংন তাইব ঙম্বনিন ঐঙোন্দগি হেন্ন করিনি তাদ।

তুনান— হেল্লি হায়ব নত্তে, মান্নে হায়বনি কেথবীমা।

( ময়াম নোকমিম্নে। )

তাই— কুমসি য়াওশংদদি ইতাও ঐ শক ফজদৌরি।

তুনান— করম্না ইতাও?

তাই— মমা মচাস্থু য়াওশংদদি পুখৎলনি। অনী চংদুন সেবা তৌৱবদি শক থৱদি কাৱনি।

তুনান—শিদোৱ ঋৱাইনি ইতাও, নিংখৌ শাবিম্ ধর্ম কারজনা।
ঙাইখো, মহারানী অহন্দি কনাদ ভারে?

অম্বু —
চাউবী— } (পুক) ঐঙোন্দা। ( মৱাম নোকমিনৈ )
ঐঙোন্দা। ( মুংঙাইখোন মৱান )

তাইবংজাম্বগি ইমুং

(পরেং—৭)

তাং ৬।১০।৬৮ ইং

গাড়ীগি ব্রেক ফাব মখোল

বসন্ত— কৃষ্ণ কৃষ্ণ, তকলমগনিদা ইবানী শিদোবদি থর রাং-লিমানে।

কেথবী—শিরমলদি মুংঙাইদোবনি মুংঙাইদোবনি, শিবিদ্রবনিনা রাবা তারে ইবানী। ঙসিগী শিনেমাদুবু মুংঙাইভম খঙহৌব্রনে ভায়া বসন্ত?

বসন্ত— করিনো ভায়া কেথবী, নংনা ঙাংলিবদুবো! পরী-ক্ষানা ফাঁসীগি থৌরি পুররুবদা ইমানীদবু শরেং থোংবা পীজরগা হাওগদ্রা?

কেথবী—পুংবু কয়া তাগ্রবগে? মুংদাং সিনেমা য়েংবা ফক্তে হায়দনা ঐদি অশাই হায়জবদুনি, য়ুমদা রা থোক্লরম্মনি, বাজিস্থ ইমাস্থ খোংজোমদৈ হলক্তি।

বসন্ত— ফিলম অতেনবা ওইরবোই নীংই, কয়াদি শাংলয়-গেদো (মৈখেৎ লোথোক্তুনা খেৎলগা ঘড়ী য়েংই) পুংসি ১০॥০ তারেনহায় ফাগী ফাগীদৈ। কমদৌনি চৈরম্লোইদ্রাও?

কেথবী— ইমাগ ইচেগ ওইরবদি মুপী মশেম্লিনা থর চৈরগ তোক্কনি, তাচৌগ তায়াইমগ তাগ্রবদি লৈকায় তুম্নব য়াদনবা ফুবদ ঐ হিংনি থাজদে।

বসন্ত— অহুদি কমদৌনি ! শোয়া চংবা য়ারোইদ্রাও নখোয়গী মচেলা খর খর পীরগা ? নখোয় তাদা অনীবু ভাইজনবা ! হায় একাগাড়ীস্থ মুংশিং য়াওরমত্রেনহায় মনীংথংবা চাকাসে !

কেথবী— সুক ইংবসিদা খোংনা চৎপা তরেদা। নানব সিদদি কৈ হায়। ঐখোয় ইমুংহু ইচে নত্তনা অতৈদি লোইনা তুমম্মবদি মুংঙাইনিদা। ঐগী পরীক্ষাদ ওরাইবমথৈ হংবিরক্ত্রবা (হিক হিক কপই)

বসন্ত— হেয়া থোক্লবা লাকমি পরীক্ষা কেলবু ইথানিদ্রাও ! কপকন্নু কেথবী তাবা মুংঙাইতে।

কেথবী— নখোয়দি ইবুংঙো ইমাকথুমবা মপাবুংনা নথনদা পোকপনিনা কেল অহমলক ওইরক্কাও হংবিরোই চৈবিরোইয়ে। ঐখোয়দি ৩ শিগ্রপা ৫ লৈহৌরিবনিনা মুপী মখৈদি শিগ্রমশিংগী মতুং ইমহম্নিংনরবনি চাক তিংদনবা। কাম্নদে ইবুংঙো ঐ থা অমা হায়গে, নং নয়ুমদা চৎগ্রো ঐবু থিনবিরম্নু ঐ মাংগ্রগে।

বসন্ত— হায় থর তগ্ন ঙা‿উ, মী থরা ফম্মি তাখিনি। কদায়দগ্র মাংদোরিবা, নশক অদুক ফজবহু মপুংক্লানা শাংহত্রিকৈঙদা কেনব হৌনদে কেথবী লৈরাং।

বেথবী— ঐনা কেম্নীংবগী হায়বা নত্তে, বসন্ত ইবুংঙো, রাকচি‿গী উম্না মতম বাযরকপনে ইপাম লৈকোম্না ইশৌ লাংবনে (হিক হিক কপই)

বসন্ত— বাবুরাল মহাজনগী মচা বসন্ত ঐনা হিংলিঙৈদা কেথবী নঙোন্দা রাকচীংগী উন য়ৈবা য়ারোই। ঙসি মুংদাং অথেংবা সিমেন্দা শোদা ম্নেংলুরিবগী মরম ঐনা থম্বুনা ম্নেংবু অত্তে নংক্লমগ্রে. নংগী মথবাই মুংঙাইতবহুদগী

ঐনা নংবু কনবা পাম্মী, পরীক্ষা ফেল ওইবগী অম্বা-বনা মৈথু ওইদুনা আতোরগুম্বাব নংগী নচু মকহম্মীংদে; নয়ুমদা অহল লম্বম্বা নক্লোন্দা খীনা চৈহম্মিংদে। পরী-ক্ষাবুদি ঐস্থ ফেলনি নংগুম্না, অদুবু ঐহাক নিপা ওই-বদি তোক্ত্রি। চৎলু নয়ুমদ নং লোম চংবা য়াত্র য়েংউসি, য়াদবা খোক্লগ

কেথবী— নখোয় য়ুমদুবু রাই শংল্রাও? কা অহাংবা লৈত্রাও, ঐনা লোৎপা য়াগদবা, চহি ১০ রোমদং।

বসন্ত— লোৎকদবা নতে, পুথ্রীদা থম্বাম্বা মনীংতম্বা শাৎপগুম নকারাম্বা সঙ্গাই মীনোক লোক্তুনা, পান্দোবনি।

কেথবী— কদায়দৈনো ফাগী তৌবনি, লাইরবা ঙাওত্রং কৈত্রংবা তাইবংজাম্বে মচানি তাবদা, নখোয় ফাদরনা শাওরবদি মদুনা হেম্না ইকাইনি।

বসন্ত— নেভর মাইনদ ঐখোয় বাজিগী মচানি ঐহাক।

কেথবী— ঐখোয় ইচেদু তুমত্রা হায়দুনা লোম্না অমুক্তা য়েংউশি লাও?

বসন্ত— চৎলু মাং থাও।

কেথবী— ভায়া বসন্ত ঐবু য়ুমদা পুশিনবা কান্দা, নখোয় ফাদরনা ঐঙোন্দ কৈদৌব লাকইবনো হংলবদি?

বসন্ত— য়ুমদা লৈবা রাই চিল্লদুনা, কোম্বা মফমদ হোংলকপনি হায়রগ লোইরে অশেংবদো।

কেথবী— পামদে লৈরম্মু হায়দুনা অশেংবা হায়রক্লবদি।

বসন্ত— ঐনা পামদুনা পুরকপনি বাজি হায়মুঙাইদনা ঐনা।

কেথবী— অদোম্না ঐবু অশেংনবু পামলত্রাও? (তপ্ন ঙাংই)

বসন্ত— ঐ ভাবতা অদোমদি ঐখোয়দা কৌণ্ড চাকথোংদুনা

লৈরকইব চহি ১২ বোম ফারপোংনি, করিমত খঙ-বিব্রাও ?

কেথবী— ভাবতুদ্ ঐবু মরম ওক্র মুংশিন উবিব্রাও ?

বসন্ত— মুংদি মু শিগ্রে, থবক্তি কয় শূনিংদে, নং ঐগী মঙলান্দদি।

কেথবী— ওঃ, চহি ১২ বোম শুরব্রব। ব্রারকপ চিঠি ওইনা অমতং থাবিরকপ য়াদত্রাও থর মরম ওকনব !

বসন্ত— মুংশিবসিদি চিন্ন হায়দোব্রগ, চিঠিদ ইথোকলগ ময়েং তাখিনি কিবন ফোংদোকচদবনি।

কেথবী— মতুন অশেংব ওইরবদি পরীক্ষা ২০০ রক ফেল ওইরবস্থ ঐ করিমত ব্রারোই মনি মতুম।

( যন্ত্র ঈশৈ মুংঙাইব মতেক )

যাত্রা— হায় তারিত্র নখোয়বো ? ( ওফ দি মাইক ) থম্বাল্লে ! য়াইমা ! নখোয়বু লোইন তুম্লব্রাও ?

থম্বাল— করি হায়বগে তাচৌ ? ঐখোয়বু কৌবিত্রাও ?

যাত্রা— য়াইমখোয় কেথবীখোয় তুমগ্রব্রাও ? লাইরিক পাদ্রব্রাও ?

থম্বাল— য়াইমদি হুজিকব্রাইদ হল্লক্রগ চাক চারি। কেথবীদি মুংথিল পরীক্ষা হায়দোকপগী পাউ তানি হায়দুন চংথিবদগী হল্লক্তি। মুপামচা তোমুদি হুজিকব্রাইদ লাইরিক পাম্লবদগী পুং ১১ তাদোরে তুমগ্রে।

যাত্রা— কেথবীদু পরীক্ষা ফেল ওইরদুন চেনগ্রব জাংল ? য়াইমদু চাক তোকলগ লাউ হায়মু ইমাগ বাজিগ লৈতবদ য়ুমসি।

থম্বাল— খঙদেনে পরীক্ষা ফেল অমুক ওইদুন মাংগ্রব্র নত্রগ

পাশ ওইরদুন সিনেমা য়েংদুন লৈথোকলল্ল। য়াইম নংবু তাচৌন লাও হায়রে। সেনিমা অথেংবন পুং কয়াদ লোইবগে।

য়াইম— (মোরোক শাবন শিশি লাওরগ) করিগীনো সিনেমা লোইব মতম হংবনো ইচে, হুজিক্তি লোইরমনিন ফন থেংলে।

থম্বাল— কেথবীদু হুজিকফাওব হলক্ত্রিনে, সিনেমা য়েংগ্রিব্র নত্রগ কদায়দ কৈদৌব।

য়াইমা— সিনেমা য়েংব ওইরবদি হল্লকনি পুং ১১ তারে। পরীক্ষা হায়দোকপদ ফেল ওইরদুন য়ুমদ চৈনি কিবন লোংগ্রব জাংল নত্রগ মবুং ঐঙোন্দগী বগল লৌথং-তুন চেনগ্রবজাংল মীংশেল মনাক্ত লৈগনবীদো ?

যাত্রা— য়াইমা নঙ থর থিরুনে ? মখোয়গি মমান্নবশিং যাত্রী, যুত্রী, থরো থারিকথা কুন্দালৈ কাকলৈ.........কনা কনানো নঙন খঙব ময়ুমদ চংতুন থর হংউ। চেন-খিব থোকলবদি থম্বাল্লৈ নঙদি খঙলম্নি; অশেঙব তাকউ।

থম্বাল— ঐদি করম্ন থংদৌরিব তাচৌ ?

যাত্রা— ইমা লৈতবনিন মুপীগি রাদি মচে নংন খঙফম থোকপ।

থম্বাল— ঐখোয়দ, তাকপিপোং নত্তে, আজকালগী লাইরিক হৈবীশিং অহললোনবু উশিংপোং নত্তে।

য়াইমা— কেথবীসি চৈ থর নমহৌদ্রবজাংনি, ঐখোয় বাজিগ ইমাগন কেথোক্হনবন অসি য়ৌগ্রিবনি। লাইরিক নিংথিন ওরাইয়ু য়াদে, কৌম্ন চাকখোং মাদ হোং-নবম্ন নত্তে করিগীনো মান টেষ্ট পরীক্ষাদ ফেল হম্ন হম্ন ওইদৌরিবনো ?

থম্বাল— মেট্রিক্কী টেষ্ট পরীক্ষাবু ওঝাশিংন ফেল অসুক য়াম্ন ওইহনবিবম্নিবু লাইরিক ভম্বিদদ্রুন তৌরবজাংলা !

যাত্রা— হায় ওঝাশিংদ তায়নম্নু, মদুগি অঙাংদু মমায়া ম্বাউমল্লি, মচীন ঙাংমল্লি, অদুনা ওইরম্নি।

য়াইমা— নত্তে চহিবু ১৮ শুরাত্রনে মহাকপো ইচে। য়াইম ঐ কুন হেল্লবু কালহৌরগ মাগুম্ব অঙাংন থৌগৎলবদি চৈ চাব শোয়রোই।

যাত্রা— চৎলো য়াইমা মমাম্নবী তখেল্লৈ চিগোংলৈ ১।২ দং থিরগ ঙসি কদায়দ উনরম্মী, কনা কনা চৎমিম্নখি অমুক্ত থিগৎলু। হয়েং নোং ঙানবগ থানাদ তাকউব হায়বদুনি।

য়াইমা— ইচে, তাচৌগী তোর্চ লাইটকা ঐগী খুক্রীদুগ অমুক্তং পুবিরকউ। মদুগী অঙাংদু কিন থরা পীজদব।

যাত্রা— য়াইমা ম্নৈন শুনরুম্নু মীগি মচাগ। কেথবীবুস্থ লম্বীদ লম্‌থাংদ ফুরক্কম্নু, য়ুম য়োরক্লগন ঐ নিংথীন ম্বারক্কে।

( তিং তিং—অয়াকপ খোল )

কেথবী—ঐদি ইকাইজরেদ, নখোয়দ লোৎপশিবু ক্ষরিত্রা অতোপ্প য়ুম মরুপ মপাংগীদ চৎপন ফত্রা হায়বনি ? ( তুমিম্ন )

বসন্ত— অয়ামব ঐখোয়গ তিম্নবদি য়ুম পাম্নব অমত্তা য়াওত্রি কনাদ লোৎলুনি হায়বগে, ইকায়ত্রাও ! ( তুমিম্ন ) নখোয়দ লোম্ন চৎবস্থ য়াত্রে ? অদুদি ঐখোয়দ চৎপা তাত্রাও ? নখোয় তাচৌগ নচেগ ঙাংহৌব ম্বাঙাংদু তায়বদি নংবু পংত্রৈ ম্নৈবিনি হায়বদি থাজ্রদেদ।

কেথবী— ফজাইদেনো নংন উপোৎ নত্তে। ইনম্মদনি তাচৌন

কল্লা য়ৈবিরব, মল্লাও মচন ঐখোয়দদি খোলদি ইখোং খোংন য়ৈখংলিব শিকত্থংলিব মহানি।

বসন্ত— অশেংনা চেনবগী ভাবঅী যাত্রা তৌরকপত্নু নক্তৰনিনা করিত্নু য়াওরক্তে। ফিরোল শেল থুমত্নু মতিক চানা পুরক্তে ওস্থোকপনিদ।

কেথবী— লাইরিক নিংথিন ওরাইদন পরীক্ষা থারগ ফেল ওইহৌরগ ইবানীবু চোপ্তুনা তোকত্রাও? তৌববুদি মুপী চেনব হায়ত্লুন চেন্নরিবসি মুপী ময়ুমদগী নীপা য়ুম তানব চেন্নব ঙাক্তনিনে, ইমানীগী মোত অসি (তুমমিন্না) লানবদি নত্তেদা।

বসন্ত— থোক্লব লাক্লনি হেক্ত চংনি ঐখোয়দ।

কেথবী— বাজিন পংনৈ নৈব পংচৈ চৈব জাৎল নঙ্গোন্দ।

বসন্ত— ইবান্নী শুরিবু মথন্দন পংলাক লাকচব কদায়দৈ য়াগবনো।

কেথবী— কৈদৌব লাকইবনো হংলবদি করি হায়ন খুন্নি সনা মতুম নংবো! খর তান্নহৌসিরাও?

বসন্ত— কৈদৌন তানরুগদগে পরীক্ষাগী লাইরিক ফাওব ওরাইদব ঐখোয়ন থোক থোক। অওই অওইব হায়রগ লোইরে। (সরিক মথোল)

বসন্ত— থোং লোল্লত্রাও? বাজি। তাবিব্রিত্রাও?
(থোংদ দাঙ দাঙ থিল্লি)

বাবুরাল—হা! কনা কনানো। লৈকাই লৈকাইশা থোঙ নম্মে, হুরানব লুট চৎপ কাংবুন। (লাওই)

বসন্ত— হুরানব নক্তে, ঐনে বাজি ঐনে।

বাবু— ঐ হায়ববু কনানো?

বসন্ত— জ্ঞান তান মিকপ থোকপিয়ো; ঐহাক নচা নুপা বসন্তনে বাজি।

বাবু— নোংঙাল্লমদাই ফাওবা নংদি কদাইদ চৎনুরিবা ? লাইরিক ঔরাইয়ু হায়রবদি পুং ৮॥ দা নমিৎ নারে হায়দুন উইব নংন ? নহাক ঐবু উশিংথ্রে য়াম্র, ঐ য়াম্ন শাওরবনি নং খঙঙ্। চাউবা মান্নরে হায়দুনা নং ঐবু কয়া কিদব ওইবা তাই, ঙনি অহিংসি ইমানী লাম্বা তৌব তায় মী অতৈ উত্রিখৈদ

বসন্ত— খৎপ্পু খৎনরবস্থ চানবু চান্নরবসু থোংদদি অমুক্ত হাংদোকপিখো ! চাকসু য়াম্ন লাক্লে, তেসত পরীক্ষাস্থ ফেল ওইরপোৎনি।

বাবু— ( থোং হাংবা ক্রোক ক্রোক লাওনা ) করি হায়বা ? টেস্ট পরীক্ষাস্থ ফেল ওইরে হায়ব।

বসন্ত— লাইরক লৈত্রে বাজি কুমশিস্থ।

বাবু— পরীক্ষা ফেল ওইরগা অসুক থেংবা ফাও কদাইদা কৈদ্রৌবা চৎলুরীবা ? কনানো অমাদুদে তোম্বরা কুমার লাওনে মৈঙালদা চংলকওনে নশক য়েংগে !

বসন্ত— লাও ইমুংদা চংসি, বাজি নিপা ইমাম্নবা নত্তে ওঝা তাইবংজাম্বন পোকপা ঐগী চানরব ক্লাস মেট কেথবীনি, লাও ইকাইনু ফম্মো।

বাবু— খাইগী অদ তাইবংজাম্বনা পোকপা কেথবী ক্লাসতা লাইরিক তম্মিবা অসুক থেংলবা অহিংসিদ মথোইদি করি স্কুলদা কারুরিবা।

বসন্ত— ঙসি টেষ্ট পরীক্ষা হায়দোকলে ইমানীমক ফেল ওইরে।

বাবু— নং খুমগমু নখোন্দু মুংশিদে মুপী মচা নং মখা লীথো ফেল ওইবগী পাউ তারবা মতুংদা করি ?

কেথবী—ফেল ওইবদগী ঐ কপ্লি, য়ুমদদি চত্তুন তুরেল ত চৌবদা চোংথদুনা শিরগে থল্লদুনা চৎচৈ ইথন্দ কনাদস্থ তাক-লমদন! ইশিংদা মীরক নারক য়েংলগা চোংথগে তৌবদা তুংদৈ ইমান্নবা অমনা কৌরকই, থাম্মি, রারী ওহাক শামিম্নৈ কপমিম্নৈ, অদুদৈ সিনেমা য়েংমিন্নরুই, পুং ১০॥ তাপ্রে য়ুমদা হনগে চংবদা চৈহোবা তারে, থরাই মাংদনবা য়ুবদা চংজদ্রে, পরীক্ষা পাশ তৌদ্রিব-ফাও য়ুমদ হনগে থঙ্গদ্রে চহি অমতংদি নোংমৈগী 'টেস্ট পরীক্ষা পাশ তৌবফাও ঐগী ইথরাই কনবিরকপ মরুপকি য়ুমদা তাংজবা তারি নমাই ঐবু চানবীয়ু খুরুমজরি

বাবু— ওাইখো, ওাইখো? কোম খুরুম্মু। নংগী মরুপ নংবু তোর্ব্বান্দৈ ইশিংদ তাদনবা কনবিরকপ নয়ুমদ অহল লম্মন্ন য়ৈবদ শিরদোবদগি কনবিরকই হয়রিবা অদুদি নিপারা মুপীরা কনানো ময়ুম কদাইদনো?

বসন্ত— বাজিসি বুদ্ধি ফৎখিদ্রেদা। পরীক্ষা থাবিরবদি ঐদোনা ইতৎ তৎতনা ফেল ওইনিবো। মাগী—মরুপ হায়রি বসি কনাস্থ নত্তে, নচানিপা বসন্ত ঐনে। পরীক্ষাদা ফেল ওইরবস্থ মুপীমচা অমগী মাংপ্রদোবা থরাই ৫ কল্লকপ নিপনে নচা ঐ।

বাবু—থেংক ইউ মাই দিয়ার বোই, হায় মুপী, তান তান হোগৎপ তন্দুন তাশিন্নদবী। বসন্ত মমা নিংথমথা তারিব্রনে নংবো, নচা নিপা পাথৌ মুপী মচা অমগি মাংপ্রদোবা থরাই লাল্লক্তগি কল্লকপসিগি চাক য়েঙ্গাং পুথোরকউ, মৈফু থাগৎলু. মীগী মচা য়াওরকই, করি ওা লৈ? চাক অমুক থোঙ্গৎলু।

বসন্ত— ঐগী শরুক্তুনা ইমানী হেক্ত হা!

কেথবী—য়ানি ওক্তনি ঐদি অয়ুকস্থ চারক্তে।

বসন্ত— ইমা হৌগৎলবদি চৈনিয়ে, ইমা তাহল্লুসে।

( মমা—নাখোকই খ্রো খ্রো )

বাবু— কয়াদ পুমন তুমগ্রব মুপীনোনেসে। হায় চাক চাকলুক অনি লৈ চাখুম মাংদ অমদি নমাগীনি, নহাক ঙায়রগ চামিন্ননি হায়দুন তুমমিবনি। মহাক্ক হৌগৎত্রিঙৈ নখোয়নী অমমম চারুরো করিমত হঙ্গোইনু, শিরুবদৈ হল্লকলব নখোইন করিবু হঙ্গোইনি, কনাবু ইকাইনি। নখোয়নী চাক তোকলগ মৈ তিক্লনু, ঐ নখোয়গি নয়ুমদ দাদা তাইবংজাম্ব কৌরুখিগে।

কেথবী—বাজিদি য়ুমদ লৈহৌদে খোংজোমদৈ কারক্তি। য়ুমদ তাকপীদবন ফৈদ।

বসন্ত— মখোয়গি মবুং অনীতুদি মী য়াম্ন য়ৈগল্লি বাজি মবুক ফত্তদুন ইমানিবু হাৎকে হায়রব য়াই! তুমিন্ন হেক লৈথোকসিব।

বাবু— দারোগন তাম্নদৌশরুক মবুং অনীতুগ তাইনরুগে ইপা, হায় থোঙ লোন্সিল্লুহায়। ঐগি তোর্চ লাইটতুবু কদাইদনো? ( থোং লোলহৌই গম লাওন )

বসন্ত— ইমা তাহন্দন লোম্ন চাসি স্থব্রাইদ, লাইরিক ঔরাইনব কাসিদ। খর ওকউবা ফিরুক খুমদুন লৈরনু।

( কোল-লিক পুখম-জেঙ্গোৎ থেংনবা মখোল )

কেথবী—করি করি য়েঙ্গাংনো? ইরোনবা কংঙৌ অতুগা সিবু করি ঙানো ঐদি পোরোম উকাবী চাদেয়ে।

বসন্ত— হায় ঙানপ অতেকপনি চাওনে।

কেথবী—হাওই নহায়। ( চাবগি মখোল তাম্ন ) সিদৈদি ইবুঙো লাইরিক কম্ন ঔরাইয়সিকো।

কান্ত— কুমশিদি ইমানী ( চান চান ) নো মৈগি টেস্ট পরীক্ষা য়ৌড্রিবা ফাওবা লাইরিকশংসিদৈ হেন্দোকল্লমুসিকো।

কেথবী—সিনেমাকা অমত্ত য়েংজররোই। ঙাইখো ঐখোয় তাচৌখোই ময়াম লাকলবদি কমদৌনি।

কান্ত— থোং হাংদোকপিদ্রগা লোইরে নোংমৈ ফাওবা।

( সুংশিরব যন্ত্রগি মখোল )

বাবু— ন্না অমত্তা হংজগে। তাবিরিব্রাও ? তুম্বিরবজাৎলাও।

( থোংদ কাক কাক থিল্লি )

যাত্রা— কনানো ( মিতুৎ হাংলগ ) ? করি ওইবিরবনো ?

বাবু— ওঝা তোলেন তাইবংজাম্বু লৈবিদ্রাও ?

যাত্রা— লৈতে। খোংজোমদা চৎশি, করি তাকপিদৌবা ? ঐহাক মচা নিপা অহন্নি।

বাবু— ইবুংঙো ওন্থোকপনি, নচন কেথবীদু পরীক্ষা ফেল ওইমিন্নরে ঐগি ইচা নিপা বসন্তগ। শিগে তৌরুরমলে মখোয়নী মতুদৈদি নিংথম্মতুন চাক লাম্মতুন ঐখোয়দ চাক চাহৌরে, নোংমৈ পরীক্ষা পাশ ওইরগ য়ুমসিদ হল্লক্কনি, চহিসিমদি ঐখোইদ নিপামচা বসন্তগ লাইরিক ওরাইমিন্ননি হায়হৌরে। কমদৌসিগে ইবুংঙো, নচিন-ননাও নখোই অম অনী লেংলগ কৌশিনবিগেরা। ঐ বাবুরাল হায়বতুনি।

যাত্রা— এঃ খুড়া ইবুংঙো মখোইনবু মরম ওক্ক লাইরিক ওরাই-মিন্নজররবদি লৈজসন্নু চহি অম খঙদে ৫০ খঙদে পরীক্ষা পাশ ওইনব লাইরিক পামিন্নজরিব ছাত্র ছাত্রীদ য়ৈথাইব চুমদে, অতুম লৈজসন্নু চহি ক্রয়ানো।

বাবু— হয়েং দাদা তাইবংজাম্বন কারকলগ শাওরোইদ্রা মচন মাংখিবা থিদে হায়রোইদ্রা।

যাত্রা— ঐস্থ বাজিগি মচানি, খুড়াইবুংঙোখোইদা লাইরিক ওরাইমিন্নব চৎখি হায়বদ বাজিন শাওরোই, হরাওনি। বাজি কারকলগ মান চান থকনব চেং-চাক, পুখম তেঙ্গোত থিঙ্গরক্কে।

বাবু— অদুদি খুড়া চৎলে বা য়ামনরম্লুসি। পরীক্ষা পাশ ওইজনব নোংমৈগি লাইরিক ওরাইমিন্নজব হায়বদু-ঙায়রে। চৎচরে ইবুংঙো।

যাত্রা— ব্রারোব য়াদে খুদোংস্থ ফানথিদ্রে।

য়াইম—তাচৌ বাবুরালসি মবুক কৈ, ইনাক খুল্লি মচা অমত্তনি ঐ খংঙি।

থম্বাললৈ—তাচৌ বাবুরালগি মচা ওইরবদি মবুক্তি থঙ্গরনি। ঐখোইসোমদা চাকলুক অমা লেম্মে ফরেদ।

য়াইম—লেম্মোইদ ইচে মহুৎ অম লাকপ য়াই। য়াইম ঐস্থ চহি ২০ হেল্লেদকো।

( যন্ত্রগি মুংশিরবা মথোল )

